# পাখংফাল লৈসাফাল

**কোঙবমচা ইবোয়াইম, অঙোম বি. এ, বি. তি.**
রিতায়র এসিস্তেন্ত তিচর, খা. ইম্ফাল হায়স্কুল, ইম্ফাল
একস-ওনরেরী প্রিন্সিপাল, সলাইগী পানা সিন্দমসঙ (সলাই
মিসন একাদেমী) তাউথোং, লমসাং

ফোরমর কাউন্সিলর, রোয়েল কাউন্সিল
সনা কোনুং, ইম্ফাল

একস প্রসিদেন্ট, কংলৈপাক লমচিং থৌসিনকোন, কংলৈপাক
ঙমথং যাইতোংবা অমসুং খোরিলাংব

- কংলৈখোন -

অফোঙবী ঃ

**কোঙবম ওংবী ইবেয়াইম লৈম**

বাংখৈ নিংথেম ইকোন অচৌব মপান মখা লৈবক, ইম্ফাল

ফোন ঃ (০৩৮৫)-২২৩০৯৩০



অহানব থুংনম ঃ

মলিযা কুমসিং - ৩৪০১

ইঙা- ২

খ্রি ঃ চহীরোল - ২০০৪

মে-২১

নম্ফম ঃ

লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক,

ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

ফোন ঃ (০৩৮৫)- ২২২১৮৬৪

লাইরিক মসিঙ - ১০০০

লাইরিক্কী মমল-লুপা ৬৫/-

মখুম য়েকপা ঃ

মুতুবা বহাদুর

ফংফম থোকপ খিবিক ঃ

অফোঙবী

# তেংথারোন

ইরৈপাক্কীদমক্ত খনবদ
রাজত্রব থরাইও
হে থরাই নুংসিব
তৌরাং ফক্ত ওন্দুন
হেদো নাহে চল্লফাও
ঐগী ইথৌ লোইদ্রি
চৎপ য়াদ্রি হায়দুন
মিৎলু পিরাং সিন্থন
কাউব লৈতন সোল্লম্ব
মপুগী থৌদান কনখিবন
চৎলোই হায়বদি য়াদ
চৎনিংদ চৎনিংদ চৎখিব
হে থরাই নুংসিব
করম হায়ন কাউসিগে
নিংঙমদেকো ঐহাক্ক।

ইবেয়াইম

# অফোংবীগী ৱারোন

ঐগী ইপুরোইব অসি ইংরাজী তাং ১৬/৭/১৯৩২ ইঙেনগী ১৩/১৪ পানব থাংজ নুমিৎকী নোংয়াই মতুং মি: ৩৫ চৎলকপদ ৱাংখৈ নিংথেম পুত্রি মপান্দ পোকই। অপোকপগী মিংন কোঙবম গুলামচাৎ অদুগা অপোকপিগী মিংন নিংথেম ময়ুম নিংঙোন কোঙবম ওংবী সনাহনবী কৌই। অদুগ তাং ৭/৭/২০০৩ ইং ইঙেনগী ৮নি পানব নিংথৌকাব নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ অদুৱাইদ লৈখিদ্রে। মহাক অসি লৈপাক অসিদ ওইরক্রিব অমদি তৌরক্লীব ফত্তব মওং কয়া অসি খল্লুবদ য়াম্ন ৱাজখিব মীসক অমনি। মরম অসিদগী মহাক্ল লৈপাক্কী অমদি লৈকাইগী ফনবা থৌরম-থৌদা কয়াদ সরুক য়াজবদ অৱাব লৈখিদে। অদুগ লৈকাইগী অয়াম্ব থবক্তসু সেক্রেটরী ওইরকই। মহাক্কী পুক্নিদ অফব থবক্ত তৌগে খনজব মীসক অমনি। হৌজিক হৌজিক মপা-মমা মচিন-মনাও নুংসিনরক্তব, থকসি-খাসি থৌগল্লোন হৌন লোনচৎ কয়া মাংসিল্লকপন মরম ওইদুন অমগ অমগ উসিৎনরক্তব অমদি অমন অমবু হাক্তোক্নরকপগী অকিব লৈরক্তব অসি "মমাঙদৈদ লৈরম্ব পাখংফাল লৈসাফাল হাযবদি অখং-অহৈ কয়ান থকসি-খাসি থৌগল্লোন, হৌন লোনচৎ কয়াবু তাকপি তম্বীরম্ব অদুগুম্বসিং অসি লৈরক্তবদগী তৌরিবনি হায়দুন মহাক্ল ঐঙোন্দ য়াম্ন নুংঙাইতন ইতৎ তৎতন হায়রম্মী"। মরম অসিদগী চীং অমসুং তমগী অখং অহৈ কয়াগ তান্নজরগ তুংগী মীরোনগীদমক্ত কান্নব ওইগদ্র খঞ্জদুন পাখংফাল লৈসাফাল হায়বিব লাইরিক অসি ফোংজগে খন্দুনা ইজরম্মী। অদুবু মহাক্ল হিংলিঙৈদ ফোংলম্বদি ঙমখিদ্রে। মহাক্ল লৈরোইদব নুমিৎ হুমনি ৱাৎলিঙে জুলাইগী তাং ৫, ২০০৪ ইং ইঙেনগী ৬নি পানব থাংজ নুমিৎ অসিদ "ঐনা ফোংজগে খন্দুনা ইজব পাখংফাল লৈসাফাল অসি ঐদি ফোংলম্ব ঙম্লমদ্রে নংন সোইদন ফোংউকো" হায়ন তাকপিরম্মী। মরম অসিদগী ঐনা ইচাসিংগ তান্নজরগ লাইরিক অসি ফোংজবনি।

**ইব্রেয়াইম**

# ৱারম খরদং

কংলৈ খুন্নাইদ পাখংফাল লৈসাফালগী চৎন-পথাপ লিংদুন পাখং-লৈসাবীসিংগী হৈনিঙব ঙাকপ, লাইনিঙ লম্বী, য়ুম্বাল লম্বীনচিংব কয়াবসু খঙদুন পুন্সিগী মপুঙ ফাব মতীক মঙাল ফংদুন মীথোই মীহেনব ঙমহল্লম্ব, খুনাইবু মরা চেৎহন্নবগী মরম ওইহল্লম্ব — অদুগুম্ব হি-য়াইগুন্নব, তাঙলব চৎন-পথাপকী লুরব ইচেল অদুন মালেমগী অনৌব য়াৱোনগী ইরৈলক্ত ইতিন্নখিবদগী কংলৈ লমদম অসিগী খুনাইচাসিংনদি ইতাউ-তাউন চৎনখিদুন অমদি ওন্ন-তৈনব কয়ান চৎনবী ওইদুন ঙসিগী কংলৈ খুনাইদ কাং-খোং চাইররি। খুদম ওইন মপা-মচা, মচিন-মনাউ খঙনরক্লিব, অহল মৱা খুল্লিংদব ওইরক্লিব, থক-খা ওন্নদুন খান থক্ত কাদুন ঙম্লব ৱাঙাং-ৱাহৈন মপা-মচা খঙনরত্তিব, চীঞ্জাক মফম নাইদন চাঙম-হৈঙমদুন সা-ঙান চৎপ সাজৎকুম চৎনরিব, হৈতন অহৈ সানরিব, মসাগীসু পুন্সি মাঙনবা ওইহল্লিব, ওক্তব লম্বীদ চত্তুন মপা মমাগী ৱান তান্নজবা মরল মথুম লোন্ন নৎত্রগ ফোংন মাঙহন্দুনত লৈরব, মপা-মমান হায়বসু ইন্দ্রব, করিগুম্বদ থৌগল্লোন কায়ব অকনব ৱাহৈ খোনফম সিজিন্নদুন মপা-মমাবু নমথনব হোৎনব, মসান অফব অচুম্ব ৱাখল খনজব ঙমদ্রব মচাসিং কয়াসু খুনাইদ ইফোং-ফোংন য়াম্না হোঙন ফংনরি।

থৌগল্লোন কায়নদন নুংসি-চান্নন লৈমিন্নবতন পুন্নমকপু পুন্দুন থম্ব ঙম্মী। মসিবু ঙাক্ল চৎনদ্রগদি মীওইবদি মীওইব ওইদে। মপা-মচা, মচিন-মনাউ, অচৌ-পিসক অমতন থকসি-খাসি লৈরক্তে। সম্ন হায়রবদ কাঙলোন চুম্ন চৎপ মীওইবগী খুনাইদ তিল্লম্ব মহাক অদু কাঙলোন চৎত্রগদি মনিঙ তম্লক্তুন সাগী লীচৎ চৎলকই, চৎলক্কনি। মীওইব হায়বসি অফ-ফত্ত খনব ঙম্ব মপোক্লি। সাদদি মদু লৈতে। মরম অসিদগী মীওইন পোক্লবসু অফ-ফত্তগী ৱাখল লৈত্রবদি সাগী পাংখক ওইরকই।

অমরোমদ, মচা ওইবসিংগী মফমদ মপা-মমা ওইবগী থৌদাং অসুক্কী মতীক চাউখ্রে। মখোযন খজিক্তং কোমথোকপদ মচাসিং লমফৈ চৎখিদুনা মখোয়গী পুন্সিদ অৱাফম কয়া তাবত নত্তুন লৈবাক খুনাইগী মাঙ-তারুব তৌরকপসু য়াই। ঙসিগী খুনাইদদি মদুমক তৌরবনি হাযববসু লাদ্রে হায়ব য়াই। অয়াম্ব মপা মমা ওইবসিংন মচাবু অচুম্ব লম্বীদ লমজিংব ৱারক ৱাতেম্ব ঙম্নদবগুম্লে। অদুগ খুরৌ চেনব হায়বসি মহৌসান খঙব ৱাৎপ, নুংসিব ৱাৎপ, অচেৎপ লৈতব, অচুম-অরান খঙদব, ৱাখল লান্ন লৌনব অসিনচিংবা ইমুংদগী থোক্লককই। অদুগ ফত্তব পুন্নমক অসিগী ইহান হানব হৌরকফমদি অঙাংন ওক্তব লীচৎ-সাজৎ চৎলক্লবগী মরম ওইরিব মপা-মমা ওইবগী থকসি-খাসি ৱাৎপননি। অদুগ মসিগী মহৈন হৌজিক্কী মতমদ কংলৈপাক অসিগী কংলৈচাসিংগী মরক্ত নুপা-নুপী, অঙাং-অহল, অৱাংবা থাক্কী মহৈ মসিং কয়া তমদুন সকখঙ-চে পায়রব কয়া অমসুং করি অমত্ত খঙদব লাইরিক ময়েক চত্তব মীওই কয়াসু চপ মান্নখ্রে; অচৌ-পিসক খায়দন মান-মান ঙাঙনরিব-সক্লরিব, তৌনরিব পুন্নমক অদুন অচুম্বনি- অফবনি খন্নবগুম তৌনরে। নহা-অহলগী মরক্ত থকসি-খাসিগী ৱাফম লৈনদবগুম তৌরে। অদুবুদি নহা- অহল, নুপা-নুপী, মীরোল খর-খরত তারক্লিবা অঙাং ফাওবন মান-মান তৌরিব, ঙাঙলিব অদুন অচুম্বনি-অফবনি খন্ন তৌনরিব, ঙাঙনরিবা ঙাক্তনি। করি অমুক হায়রুগনি - লমজাওদ চৎলিব মীরোল হুক্রুব অঙাওব-অঙাওবী ফাওবন মান মান তৌরিব, চৎলিব অদুন অচুম্বনি, অফবনি খল্লিবনি। মখোয়ন লৌসিং তান চৎলিব ঙাওদব মী ফাওবদ অঙাওব হায়নরিবনি। মসিদি মপু মাগী খূৎসেমদ য়াওখ্রবনি, হৌনসানি। ককউব য়াব নত্তে। অদুম ওইনমক মীওইবদি অফ-ফত্তগী ৱাখল খনব ঙম্ব মপোক ওইবন "মীদি লাইগী লীচৎ চৎলগ লাই ওই, মীগী লীচৎ চৎলগা মী ওই, সাগী লীচৎ চৎলগা সা ওই" হায়রবসিদি ৱাখল খনব ঙল্লিব মীওইবনদি খঙফম থোকই। অদুবু অয়াম্বন খঙনদবগুম্লে। নহা-অহলগী মরক্ত থকসি-খাসিগী ৱাফম লৈনদবগুম তৌরে। অমন অমবু কিনরে, হংগোইনরে, নত্রগ উসিৎনদ্রে, সিঙনবগী মওঙদ লৈনরে। অকনবন অচুম্ব সক্লরে, লায়রব অতোনবগী মীচঙ লৈত্রে, হাৎনরে, সুনরে, পুন্সি করিনো খঙনদ্রে, হৌন-লোনচৎ করিনো খঙনদ্রে, খঙনবসু হোৎনদ্রে,

তাকপিব ঙম্ব অখঙ-অহৈসু ৱাৎপগুম্নে। লৈবাক্কী মপী মপা ওইবসিংনসু লান্ন চৎনরিবসিং অসিবু চুমথোকপদি লায়রদুনা মখোয় মসেনসু মান মান তৌবন হায়বন অফবনি, অচুম্বনি খন্ন পঙয়েৎ য়েৎনরি, পঙলাউ লাউনরি। মদুন লৈবাক্কী থবক তৌব ওইনরি। পূন্নমক অসিগী মহৈন মীচম কয়ান কনানসু উবি-খঙবিদ্রব মপী মপা লৈত্রব মচাসিংন তৌবগুম চঙজফম হায়জফমসু খঙদন নাম্থোকপ য়াদ্রব লায়রবগী, মীসি মীনাগী অৱাবা কয়া মায়োক্নরি। মসিসু লাইরিক লাইসু হৈরব, মতীক চাব মীনি খন্নরব অচৌব মপী মপা সারিব অঙম্বসিংগী লিংজেল মান্নদবদগীনি হায়ব য়াই।

মতমগী য়ারোন্দ অসিগুম্ব থৌদোক ৱাথোক ময়াম অসি উরু-খঙলুরগ কংলৈ খুনাই অসি নৌন অমুক হিংগৎলরুবগীদমক্ত হৌরকফম অমদি থিফম থোক্রবরা খনজরুবদগী অহল-লমন, অখঙ অহৈ কয়াদগী তাজব অমসুং ইসান থিজ-হুমজবদগী ওইব য়াই হায়ন খনজব মচাক খরদংবু খোমজিনজরগ ইতিক-ইপা চাদন তুংগী মীরোলগীদমক্ত অরিব মতমগী ইপা ইপুন চৎনরম্ব পাখংফাল লৈসাফালগী অহকপ কয়াগী সরুক খজিক্তংবু মিংত ওইন পনজরগ লাইরিক মচা অম ওইন মীয়াম মাঙদ থমজবতনি। অচুম-অরান, অফ-ফত্তদি অখঙ-অহৈ কয়ান লেপপিগনি।

অইবা

# মাঙওইনব লৈচল খরদং

কোঙবমচা ইবোয়াইম অঙোম মমাঙদ **থৌদাং** অমসুং **নিংথেম পুন্নি অমসুং মরি লৈনবা ৱারী** কৌব নৈনরোলগী লাইরিক কয়া ফোঙখ্রব অমসুং কংলৈখোলনচিংব চেফোং কয়াদ ৱারেং কয়া খুদোল তম্বীখ্রব থিজিল্লোয় অমনি।। মশক নাইরব নৈনরোল অসিন তাইবংপান থাদোকখ্রব মতমদ ইদুন থম্বীরম্লব **পাখংফাল লৈসাফাল** কৌব লাইরিক অমসু লৈখিদ্রবগী কুমওন ফিরোয়গী মাঙওইনন পুথোকপিরকপ অসি খুৎই মখল অসিবু ঙাইনরিব অপাবসিংগীদমক্তি মমল য়াম্লব খুদোল অমনি।।

চনু অমন থাগী লৈসাৎ তম্লক্তুন মালেমগী সক্তম লৌরকই।। হৈরাং লৈরাং কযাগী মরূন মালেমদ তারকপদ মতোল চোংলকই, মউ লিংলকই, মসা মরেং সল্লকই, মপাল সারকই, মহৈ য়াল্লকই।। পুন্নমক অসি মালেম ঈমাগী পীবুক্কুংদ মথৱায পাল্লকপ ঙাক্তনি।। অসিগুম্ব ঙক্লব মালেম ঈমাগী মতীক ময়ায়বু চনু অমগী মসাদ ফুদোরকপ মতমদ থাগী লৈসাৎ তম্লকই।। মতম অসিদ মালেম ঈমাগী কোইরপ কোযব সক্তম লৌদুন লুমাঙদ তাব চনু অদুগী সল্লাংবু থাগী মকোয় সান কোইরপ কোয়ন ককই।। মদুন চুবাগী নাকল য়েৎলোম ওইরোমগী সল্লাংবু ফৈন ককপ মপা য়ৌন কোয়ন কল্লকই।। মালেম লৈমগী সক্তম লৌরকপ সমগী কাঙলোন অসিবু "লৈসাবী" হায়ন কৌনরকই।। পুন্সিগী তাংকক অসিবুসু "লৈসাবী" হায়ন মিংগৌনরকই।।

মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানব অমসুং সলাই লৈসাংথেম হায়রিব সলাই তরেৎ পোক্লিব ঈপুথৌ কোনজিল তুকথবন মপাবুং সলাইলেল সিদববু ফাংখোঙ কোয়দুনা মপাবুংবু মসক খঙব মতমদ "পাখংব" হায়ব মিংথোল ফংই।। মপা খঙলব মতমদ লাইরেম্বী তরেৎ লুহোংদুন সলাই তরেৎ পোকই।। মপা ওইবগী মতীক ময়ায় হকচাং কয়াৎলোন্দ ফুদোরকপ মতম্মু পীবা ওইরিব পুন্সিন "পাখং" হায়ব মিংথোল অসি ফংই।।

অসুম্ন চনু পীবা ওইবসিংন লৈশাবী পাখং ফারকপ মতম্মু পুক্সিরোন্দ অমসুং সনামহী লাইনিংদ "কাংদোঙ ফাব" হায়ন খঙনৈ।। সনামহীন থরায় ওইদুন তোংলিব হকচাং কাংলোন অসি মপুং মরৈ ফারকপ মতমদ "কাংদোঙ ফাব" কৌরকপ অসিন য়ুম্বাল পুক্সি চংব য়ারকপ মতম্মু খঙনব মরম্ন লৈসা-পাখংগী পুক্সি তাংকক অসিদ চীং অমসুং তমদ খুন্দামিন্নরকপ অহল লমল লাইওইরবসিং অদুন পুক্সিদ চংদব য়াদ্রব মহৈসিং, কাঙলোনসিং অমসুং থকসি-খাসি থৌগল্লোন তাকপি তম্বীফম মফম্মু (ইন্সতিত্যুসনবু) পাখংসিংগীন "পাখংফাল" লৈসাবীসিংগীন "লৈসাফাল" হায়ন সিন্দমফম (ইন্সতিত্যুসন) অনি অসি খুল নত্রগা লৈকায় খুদিংদ লিংলম্মী।।

পাখংফাল হায়ব মমিং অসিন তম্ফম (ইন্সতিত্যুসন) অসিদ পাখংসিংন ফম্নরব অসাংব ফাল্লসিংগী লেং সেমদুন থম্লম্ব অদুদগী লৌবনি।। মহৈ তম্ফম অসিদগী অমুক সিন্নাইসঙ, সিন্নাইফম, সিন্দমফম হায়দুনা সঙ মনুং অমসুং মপান্দ মসা লোঙথোরকই।। পুন্নমক অসি য়েংসিন্নব সিস্তাকলোয় কয়া লৈবগী মথক্ত সুপ্ন য়েংসিনব "পাখংলাকপ" কৌব ফম অম হাপ্লী।। পাখংফালগী মমিং থোল্লকখিবগুম্ন লৈসাবীসিংগী মহৈ তম্ফম (ইন্সতিত্যুসন) অসিদ থারিব ফাল অসাংবসিংগী লেং সেমদুন লৈব অদুদগী "লৈসাফাল" কৌই।। পাখংফালদ খায়দোকপগুম্ন লৈসাফালদসু সিন্নাইসঙ, সিন্নাইফম, সিন্দমফম খায়দোকই।। পুন্নমকপু সুপ্ন য়েংসিল্লিব ফম্নাইব অদুবুন "নিংঙোল্লাকপ" কৌই।।

হৌজিক্কী মতমদ তৌনবগুম্ন পাখংফাল লৈসাফাল অনিমক্ত সিল্লম খায়দোকই, সিনথাক খায়দোকই।। থকসী-খাসী থৌগল্লোনগী অচেৎপ কাংলোন মখাদ লিংব মহৈ তম্ফমসিং ওইব মরম্ন মতমদুগী কংলৈপাক খুনাইদ মরূ চঙব, মথৌ খঙব, মসা মউ ফব, মাগী মাগী পুক্সিগী সিনফম নাইব, লৈপাক ঙাক্লবগী হুয়েন লাংলোন (হুলা) কাঙলোন হৈব, মতীক চাব মপা-মমা অমমম ওইরকপদ চঙব য়ুম্বাল্লোনগী তুরেল লৈঙোই চোঢ়োবীদগী হেন্ন কুপ্পী হায়ন পাউরৌনরিব লৌসিংগী মপু ওইব ওইবী কংলৈ চনু পীবা ঙাক্তন খুল্লিংলম্মী।। মতম অদুগী কংলৈপাক অদুনি মীখা পোন্না হিংলক্তব, য়েক্লব পুন্নমক্ল কিনরল্লিব, মতীং লৈন হিংলম্ব, চাওখৎলোন কয়াগী মপু ওইরল্লিব

অমসুং হিরম খুদিংদ অৱাৎ অপা লৈরমদব।। অদুগুম্ব মালেম পুম্নমক্ক ফিদমফম ওইনরগদবা কংলৈ খুনাই অদু ঙসিমক হিংগৎহনগদবনি হায়বগী পাউজেল অদুমক্কি অইব কোঙবমচা ইবোয়াইম অঙোমগী **পাখংফাল লৈসাফাল** কৌব লাইরিক অসিন পিরিব।। অসিগুম্ব মিকপ থোরক্কব হৌদোকপ য়াকৈরোল লাইরিক অসিন কংলৈ সেনবুংগী মখোলদ মথন্নায় পান্নক্তুন কংলৈচা পুম্নমক্কী থম্মোই লাইয়ুমদ য়াওল অসিগী মরূ হনব ঙম্ব ওইথ্রসনু।। য়াওল অদুগীদমক তাইবংখায়ব লাইনিংথৌগী মখোঙ খুয়াখাদ থম্মোই সেংন থৌনিজে।।

কালেন থাবুং,
মলিয়া কুমসীং ৩৪০১।।

**ঙারিয়াম্বমচা কাংজীয়া মঙাং**
মতম অমগী মায়চৌপুরেল
হৌজিক্কী সনামহীগী লাইনিংগী
পাউতাকলোয়
সনা কোনুং রোয়েল কাউন্সিল
সনা কোনুং, কংলৈপাক।।

# য়াওফম তাকপা




# পাখংফাল লৈসাফাল

## পাখংফাল লৈসাফাল করিনো?

পাখংফাল লৈসাফাল হায়বসি চীংজা তমজা অনিমক্কী লিববা মতমগী ইপা ইপুসিংগী পুন্সিরোন্দ তঙাইফদন চৎনরম্ব, য়ুম্বাল পুন্সিদ চঙনদ্রিঙৈদ পাখং লৈসাবী পুন্নমকপু পুন্সিগী চঙদব য়াদ্রব মহৈ কয়া হৈহন্নব লিংলম্ব সিন্দমসঙনি। ফাল অসি সোয়নাইদ্রব কাঙলোন কয়া ঙাক্ল চত্তুন খুনাই অমা লিংনবগী য়ুম্ফম্নি।

পাখংফাল লৈসাফালদ খঙ-হৈরব সিন্তাকপ সিন্তাকপী কয়ান চাউবব থৌদাং লৌই। অসিগুম্ব সিন্তাকপ সিন্তাকপীসিংগী থৌদাংদি অসুক্কী মতিক হকই। মখোযন খজিক্তুং কোমথোকপদ সিন্দল্লোইসিং লম্ফে চৎখিদুনা পুন্সিদ অৱাব তাবত নত্তন লৈবাক খুনাইগী মাঙ-তাক্লবগী মরম ওইরক্কদৌবিবনি। মবম অসি লৈবন সিন্তাক্লোইসিংন যান্ন চেকসিন্ন কায়খি লানখিদনব হোৎনৈ। কৈদৌঙৈদসু কাযদে, লান্দে। মবম অসিদগী সিন্তাকপ সিন্তাকপীসিংদি মীবু মী ওইনব সেম্বনি, লৈবাক খুনাই অমবু সেম্বনি হায়নবিবনি।

## পাখংফাল লৈসাফালগী হৌরকফম

পাখংফাল লৈসাফাল হায়বসি লিরব মতম হায়বদি চীংদ লৈরিঙৈ, তমদ তাদ্রিঙৈ মতমদগী হৌনা লৈরক্লবনি হায়বসি মীতৈগী অরিব লাইরিক কযানা তাকই। অদুগ চীংজা-তমজাগী মরমদ খবদং কোইথোক্লুব তাবদ পনব য়াবদি- অদুঙৈ কংলৈপাক্কী তম্পাক্কী লম পুম্ব ইসিংন থূমজিন্দুন লৈরিঙৈ মতমদ তমজা পুন্নমকসু চীংদ চীংজা ওইন লৈবম্ব ঙাক্তনি। অদুগুম্ব মতমদুদদি তম্পাক্লমদ কন্নাসু লৈবম্ব নত্তে। কাইনথংদ ইসিং কংলব তুংদ তমদ কূন্নক্তুন খুন্দা লৈতাবসিং অদুবু তমজা কৌখিবগী ৱাতনি। চীংজা-

তমজা অনীগী হৌরকফমদি অমতনি হায়বসিনি। মতম অদুদদি চীংজা-তমজা লৈনিঙ-লৈনিঙব মফমদ পঙলৈ লৈনরম্মী। চীংজানি হায়ন খঙনরিব রোংমৈ (কবুই), তাংখুলনচিংব কাঙলুপ কয়াসু লিরব মতমদগী তম্পাক্লমদ খুন্দাদুনা তমজা ওইন লৈরক্লি। মতৌ অদুগুম্ন মীতৈসিংসু চীংগী লমদ খুন্দাদুন চীংজা ওইন লৈবসু য়াওরম্মী। হৌজিক চীংগী লম ওইরিব ক্বাথাদ, চীংদ খুন্দারিবা ইচিন ইনাওসিংগী পুন্সি মরেলগুম হিংলিব মীতৈ চীংজাসিং অসিন লেঙদ্রব খূদম্নি। চীংজা তমজাদি অমতনি। পান্দম অমদ হায়রগ মপান-মউ অমদগী মসা মরেং কয়া লোঙথোকখিবগুম্বনি। ইসিংগুম্বনি। তোঙান-তোঙানব হাপফমদ হাপ্লগা তোঙান-তোঙানব মচু থাদরগ খর খেন্নহনব, হান্নগী ইসিং হায়ব মিংদি মাঙদবগুম্বনি। হৌজিক্কী মতমগী চীংজা তমজা অনীগী পথাংকোক পুথাকোক্কী ব্বারী অমসুং লাইরিকসিংনসু চীংজা তমজা অনীদি মমা অমতগী মচানি, মচিন মনাওনি হায়বগী খুদম কয়া উত্তুন ফোঙদোক্লরি।

## চীংজা তমজা অনীগী অচেৎপা লীপুন

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী কংলা মেন্দ পাঙথোকপ লমদম অসিগী খ্বাইদগী চাউব মেরা হৌচোংব নৎত্রগা মেরা হাওচোংব হায়ব কুমহৈসি লৈরক্লবসু খুইয়োই তোমপোক্ল চীংজা নিংঙোল নোংমাইনু অহোঙবীবু লুহোঙদুন কংলা ফম্বাল তোংমিন্নখিব অসিদগী চীংজা তমজা অনীগী হেন্ন নকসিন্নখিবগী লেঙদ্রব লীপুন অমদি অদুমক ওইখি। মরম অদুন চীংজা তমজা ফুরূপ অনীন লৈসেমঙৈদগী পূন্ন হিংমিন্নরক্কুনা অব্বা নুংঙাই সরূক য়ামিন্নরকই হায়বসিদি মেরা থানসু অদুম্মক তাকচৈ।

## মীতৈ নিংথৌগী খুজিল থৌরাঙ মখাদ চীংজা তমজা অমত ওইরম্ব

ঙল্লিঙৈ মতমদদি লমদম অসিদ খুন্দারিব কাঙলুপসিং অসি লোন্নব, নক্লব খুল খর নত্তন খর লাপথোক্লখিবদি অমন অমগী মরমদ করি অমত খঙনরমদে। লোন চৎনরোন্নচিংব মান্নদবন অয়াম্বনি। অদুবু মীতৈ নিংথৌগী খূজিল থৌরাঙ মখাদ কংলৈগী ময়োল ওইরিব কোনুংদ পুল্লপ তিন্দুন অনকপ

অরাপ্প মায়কৈ মরিগী মীয়াম্বু অমগ অমগ খঙনহল্লি। মীতৈলোন তম্বীদুন তোঙান তোঙানব কাঙলুপকী মীয়াম্বু পুক্নিঙ ব্বাখল ফাওদোক্লহল্লি। মসিন লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানব কাঙলুপকী মীয়াম্বু খেন্নবগী ব্বাখল মাঙহল্লগা পূকচেল খোয়জেল তিন্নন হিংমিন্নদুন কংলৈ খুনাই অসি নিঙ-খা তম্ন হিংদুন পাল্লকখি। কংলৈ লমদম অসিদ লৈরিব চীংজা-তমজা খূদিঙন অমত ওইন নুংসি চান্নন লৈমিন্নরম্ব, লোয়নন খুনাই অম সেমগৎ-সাগৎলকপদ মরী লৈনরম্বন তোঙান-তোঙানব কাঙলুপ ওইরবসু নুংগী ইচেলদি অদুম্মক মান্নে অমসুং অমগ অমগ অরৈ অরৈব লৌথোক লৌসিন পীথোক পীসিন তৌনদুন তেঙবাংনরম্মী।

## পাখংফাল লৈসাফালগী মফম

পাখংফাল লৈসাফালগী সিন্দমসঙ অসি লৈকায় খুংগংসিংদ মফম চাব য়েংদুনা পাখং লৈসাগী তোঙান তোঙান্ন থন্নে। মমাঙঙৈগী মতমদদি লৈনরিবা য়ুমদ কা খায়দোক্লগ মপাল থংবন পাখং নৎত্রগ লৈসাবীগী তূম্ফম মফম ওইব পাখংফাল লৈসাফালগী মফম হাপ্পরম্মী। পাখং অমসুং লৈসাবীগী মফম তিন্নদে। করিগুম্বদ লৈকায় খুংগংন অচৌব ওইরবদি অরিঙব ইমুং, খর সক্লাইরব, মচীন চৎপ কনাগুম্বগী ইমুংদ পাখংফাল লৈসাফালগী মফম ওই। হৌজিক্কী মহৈসঙসিংদ মহৈ মসিল তম্বীবগুম চাংনাইন সিন্দম নহাসিংবু সিন্তাকপ সিন্তাকপীসিংন পুন্সীদ থেংনরগদব হীরম কয়া তাকপী তম্বী।

## পাখংফাল লৈসাফালদ কাবগী মতম

পাখংফাল লৈসাফালদ কাবগী মতমদি পুন্সিগী মথোৎ কারকপ মতম, য়ুম্বাল লম্বীদদি খোঙদাদ্রিঙৈ মমাঙদনি। ইপা ইপুগী ব্বাহৈন অসুম্ন হায়-"তম্ব নিপা ওইবন লাংহৈ কুমসিং ১৩ মপূঙ লেপ্পকপ, তাউজিংগুম মসিং পান, হৈরাঙগুম ময়াই চেল্লব, পঙ্খৌ পাথাঙ সিনঙম্ব মতম্বু পাখং কৌই। মোম্লু নুজা ওইবীগীন লাংহৈ কুমসিং ১১ মপূঙ লাক্লগ সিঙলেনগুম লৈরিক কা, লৈরাংগুম লৈহী পু, পলেম পীথাঙ সিনঙম্ব মতম্বু লৈসাবী

কৌই। অদুগীদমক নুপা-নুপী খুদিগুন মাগী মাগী চহী তাংফমসিদ পশ্চৌ পারেপ তান্নব, পলেম পীরেপ ফংনব, অহল নাক্ত ফম্ন পুন্সী লমদাং থিনৈ। অসুম্ন পুন্সি-ফন্নেল তান্নে। চাউব মপৃঙ লেপ, সাংব সারেপ ফারবদ মরাল লুহোঙ-খোঙদোং তন্নে; পারেপ-পুরেপ তান, চারী সুরী তান্নে।"

অসুমন ঐখোয়গী লৈবাক্ত য়াইফ নুংঙাই তানখৎলক্লিব নহারোল পীবা-চনুরা অয়াম্বন য়ুম্বাল পুন্সিদ খোঙদাদ্রিঙৈ পুন্সিগী মরুওইবা থৌদাং কয়াবু মসক খঙনব লৈকায় খুংগংসিংদ পাখংফাল লৈসাফালগী সিন্দমসঙদ চঙনরম্মী। মরু ওইন সিন্দমসঙ অসিদ পাখং-লৈসাবী অনীমক্কী-লমচৎ-সাজৎ চুমথোকপী; হুকসাংগী কয়াৎলোন মসক খঙহল্লি; পা-পী করম্ন লোয়নগদগে খঙহনবী। তসেংনমক পাখংফাল লৈসাফালদি য়ুম পান্দ্রিব পাখং লৈসাবীসিংগীদমক্তনি। কনাগুম্বন য়ুম্বাল পুন্সিদ চঙনখ্রগদি মসিদ সরুক য়াব ইকাইনৈ, চঙনদে।

### ফালদ সরুক য়াহৌদবগী মহৈ

অমরোমদ, পুন্সিদ মহৈ য়ানব হায়বসি লমচৎ নাইব মী অমগী পুন্সিদ সোয়দন ফংহনবন অসিগুম্ব পাখংফাল লৈসাফাল অসিদ সরুক য়াহৌদব কয়াদি লীচৎ সাজত্ত অৱাৎপ ওইরকপন হিরম খৃদিঙমক্তসু মেনখৎপ ঙম্নরোইদব অৱাৎপ ঙাক্ত ওইরকই। হৌন লোনচৎ, থকসি-খাসিনচিংব মীওইব অমগী মসাদ চেন্দব য়াদ্রব অথোইব লনসিং ইৱাৎ-ৱাৎপগুম তৌরকই। অদুগ, য়ুম্বাল্লোনগী অহকপ কাঙলোন কয়াবুসু ফালদ কাদুন নৈনহৌদবন তীনচেন-লাইচেনগনব, হামচৎনব ওইরকই। য়ুম পাল্লব মতমদসু পা-পী অনীন করম্ব সাজৎ-লীচৎ, করম্ব চাকচা-ইথক, য়ুমদিল্লোন্নচিংব ঙাক্কদগে খঙদবন হকচাং সোল্লকই। লাইথুং-লায়ন পোক্লকই। কান্নদব পুন্সি ওইরকই। অসুম্ন, মসাগীদ নত্তন খুনাইগীসু খুরৌ ওইরকই। মতম চাদন পুন্সি কেমদুন মাঙনৈ।

## নৈনরোলগী পরিংদ

### ১) হুকসাং নাদ-য়েক্তনবগী পাম্বৈ তাকপ

পাখংফালদ সিন্দম নহাসিংবু হকচাং অমসুং পূক্নিঙ অনীমক ফগৎহন্নবগী সাজেন পুজেনগী কাঙলোন কয়া তাকপী তম্বী। সনা, লুপান চীংগুম ব্রাংন পৈরবসু, মহৈ মসিল কয়া খঙ-হৈরবসু মসাবু ফৎত্রবদি পূন্নমক অরেম্বনি। মসা ফৎত্রবদি লায়না মখল কয়াগী কায়দোংফম ওইরকই। পুন্সিগী থৌদাং কয়া পাঙঙমদন ব্রান পুন্সি লেলহল্লি। অদুগ অমরোমদ মসা-মউ ফবন নুংঙাই-য়াইফব, ব্রাত্ত-পাদব হায়বদু ওই, লৌসিংগী লম্বী কয়া তানব ঙম্মী, অনীংব পন্থুং কয়া য়ৌব ঙম্মী। মরম অসিন হুকসাং পাঙ্গল কন্নব, খোঙ খূৎ সিংনেব, কাঙলোন কয়াগ লোয়নন হকচাং সাজেল সান্নহল্লি, পৌ চিংহল্লি, লমজেল চেলহল্লি, চেনজোং-মাঙজোংদ অহেনব তান্নহল্লি অমসুং য়েৎ-ওইগী কপ্লাক কোৎপী, য়েৎ-ওইগী নিঙগোং লংবী, য়েৎ-ওইগী খূকউ থৈবী, য়েৎ-ওইগী লোংথ্রৌ, চেপচিংনচিংব মূক্লাগী লৌ কয়া তাকপী তম্বীদুনা মপা চাব সিন্দম্লোই খন্দোক্লগ সান্নহল্লি। অসুম্ন মসা-মউ পাঙ্গল কলহল্লি। মসা খিঙ-খিঙ লাউহল্লি। নাদ-য়েক্তনব অফব চিনজাক মসক খঙহল্লি অমসুং মদুবু করম্ন চাং খঙন চাগদগে হায়ব খঙহল্লি। করিগুম্ব নারক য়েক্লকপগী খুদম লাক্লবদ করম্না চেকসিন থৌরাঙ লৌহৌগদগে হায়বদু মসা মসান খঙজনব তাকপী, তম্বী।

### ২) মীখা পোন্দন হিংব ঙম্নবগী সিল্লম তাকপ

লৌউ-সিংউবগী থবক্ত ইংখোল কোইদুন মহৈ-মরোং থাব, খূৎ-সা হৈবগী সিনফম কয়া, অতৈ সেলথোক লৈগদব সিনফম কয়া, লোয়নন লমতু লূ-লান্ন থম্ব, য়ুমকৈ তরু-তনান্ন থমদুন য়ুম্বাল-কৈবাল ফজনব তৌব অসিনচিংব কয়া তাকপী। থোং থাক্লব সিঙ চলহল্লি, করম্ন থোং থাক্নদগে হায়ব খঙহল্লি। খাঙব কনব, থৌনা ফব, হায়ব ইনব, পূক্নিঙ অমসুং লমচৎপু থকসি-খাসি নাইব তম্বী। কৈদৌঙৈদসু অতনব, অব্রাব, অকিব লৈহন্দে। অসুম্ন তাকপি-তম্বীবদগী সিন্দম নহাসিংন মরম ওক্ল, মথৌ মসক খঙন

নোংম-নোংমগী পরিং নাইন চৎথরকপ সিঙ্গাসিংবু সিল্লম সিঙ্গোঙ খঙন পাঙথোকপন সিন্তাকপসিংবুসু পেলহল্লি। অদুম ওইনমক কনাগুম্ব সিন্দমল্লোইসিংন অকায়ব তৌরক্লবদি চৈরাক পীদুন লান্ন চঙখিগদব লম্বীবু চুমথোকপী।

## ৩) সাফম লানফম লাকপদ য়েক্লবগ মায়োক্লব ঙম্নব লম্বী তাকপ

ফাল অসিদ ইনখৎলক্লিব সিন্দম নহাসিংবু সা-লানগী মতমদ থবক ওইন উত্তুনা মপাল্লমদগী লান্দারকপ য়েক্লবগ মায়োক্লব ঙম্নব হুইয়েল লাল্লোংগ মরী লৈনন তোঙান তোঙানব মখলগী থাঙ-তাগী থেংগৌরোল কয়াসু খঙ হৈরবা সিন্তাকপসিংন সিন্তাক সিন্দম্বী।

পোইরৈতোন কৌব লাইগী লাংব্বোন ওইব ইপুথৌন হৌদোকপিরম্ব হিয়াঙ হিদোংবনচিংব লৈবাক মীয়াম পুম্ব মসা ঙাকথোকচব ঙম্নব হি তোংব, হি হোনব হৈননব মতম নাইন পাঙথোকপ থৌরম্বু মখা তান ইচাউ লাক্লবদ, সা-লান লাক্লবদ ইসিং ইরান হৈনব হিরোই-হিনাউ সাব তম্বী। পুন্সি ময়েং তাহন্দন সাদ-লান্দ মথৌনা লৈহন্নবগীদমক অপাম-খৌরাংগী ইরাং পীদনবসু কন্ন হোৎনবী।

## ৪) থৌগল্লোন তাকপ

পাখংফাল লৈসাফালদ সিন্তাকপ-সিন্তাকপিসিংন সিন্দমল্লোই পাখং লৈসাবীসিংবু য়াম্ন চেকসিন্ন সেন্নবিবগ লোয়নন থকসি-খাসি, লাইগী থৌগল্লোন, ইপা ইমাবু মীৎন উব লাইমক্লি খনবগী থৌগল্লোন, অহল-লমনবু লাই ওইন খনবগী থৌগল্লোন, মখাগী অঙাং নহাসিংবু ঙম্লবনি হায়দুন নমজা নমথেক্লব তৌদন ইচা ইনাওগুম নুংসিব উৎপিবগী থৌগল্লোন, ইমান্নবদ খোঙ্খী-খোনচোপ সিজিন্নদন উৎনগদব থৌগল্লোন, য়ুম্বাল পুন্সিদ চঙলব মতমদ নুপা-নুপী অনীগী মরক্তা য়ানব অমা থমদুনা উৎনগদব থৌগল্লোন হায়রিবসিং অসি মী অফব, মীথোই মীহেনব তাল্লিবসিংগী অচুম্ব লম্বীনি হায়ব তাকপী।

চীনজাক অমবু চাদ্রিঙৈদ তাইবঙ মপুদ হান্ন কৎচরগ চাগনি। ইপা

ইমা ইথক থোংবসিংন চাদ্রিঙৈ খক চাফরোই । চাদব য়াদ্রবদ ইথক থোংবসিংদুদ তাক্লমল্লগ মখোয়গী অয়াব লৌরগা চাগনি হায়ব হৌন লোনচৎ কয়াবুসু তাকপী। অসুম্ন ইমুং অমদ লৈরিব মপা-মমা, মচিন-মনাও, মচন-মচেসিংন পূন্ন লৈমিন্নব য়ারিব অসি নুংসিনব, থাজনব অমসুং পূন্নমক অসিগী মথক্তা অমন অমদ উৎনগদব থৌগল্লোন অমদি লাইনিঙ লীচৎসিং কায়নদবদগীনি। অদুগ হায়রিব থৌগল্লোন অমদি লাইনিঙ লীচৎসিংসি হেক কায়বদ বায়োং চাদব, কাং-খোং চাইব য়ুম্বাল ওইগদৌরিবনি হায়ব তাকপী।

## ৫) য়ুম্বাল্লবী নুপী অমন লৌগদব থৌদাং তাকপ

লৈসাফালদ কারক্লিবী মথোৎ কারকপী লৈসাবীসিংবু খঙ-হৈববী সিন্তাকপীসিংন হৌজিক্কী মহৈসঙসিংদ তাকপী-তম্বীবগুম চাং-নাইন তাকপী, তম্বী। মদুগীদমক লৈসাবীসিংন য়ুমদগী ফৌ-চেঙ অমসুং অতৈ তঙাইফদব পোৎলম কয়া পুরকই। সিন্তাকপীসিংন পুক্নিঙ লৌসিং ওইগদব পাউতাক কয়া পীবিবত নত্তন লমচৎ-সাজৎ, থকসি-খাসিনচিংবা থৌগল্লোন কয়া হায়বদি নুপী ওইবী অমন পুন্সীদ তৌগদব-তৌরোইদব অসিনচিংব কয়া মচা তান তাকপী, তম্বী।

লৈসাফালদ লৈসাবীসিংবু ফিসা-লোনসা, জগোই মখলসিংগী চানব ইসৈসিং, তোঙান-তোঙান্ন সক্কদব ইসৈসিং, ইমুংগী চান-থরুব সেম-সাব, থোং থাকপনচিংবা হৈহল্লি। য়ুম্বাল পুন্সিদ চঙলব মতমদ থেংনরুগদব তঙাইফদবসিং তাকপী তম্বী। নুপী ওইবীগী লিরি-খোইরিব মতৌ, মিংগৌ-থাগৌ, কোক খুমদুন মকৃ মতৈ অমদি অহল লম্মনসিংদ উৎকদব থৌগল্লোন, লোয়নন নুপী ওইবী অমন থকসি-খাসি খঙন করম্ন থক-খা তুন পানব ঙমগদগে হায়বগী তঙাইফদব হৌন-লোনচৎসিং তাকপী তম্বী। নুপী হায়বসিদি নুপাগী হকসাং তংখায় ওইবনি, মপুরোইবগী চান্নবী মরূপসু ওইবনি। তান-তানদুনা লোয়নৈ হায়বগী তালোয় কৌবনি। য়ুম্বুবী নুপীন মতীক চাবী ওইরবদ য়ুম্বাল পুন্সিদ নুংঙাই য়াইফব হায়বদু ওইরিবনি। অদুগ খুনাইদসু লেমজনিংঙাই ওইবনি। অচৌব থৌদাং অম পাঙনব হোৎনবকপদ

মপা ওইবগী মতৌ লৌবনি, অদুগ অনা-অয়েক্লচিংব য়াওরকপদ মমাগী মসক লৌবনি, হায়বনচিংব কয়া তাকপী তম্বী।

অসুন্না য়ুমগী থৌরম কয়াদ হৈথোই সিংথোইবী ওইরিবী, মপুরোইববু থৱায়মক্লি খনজরিবী, অদুগ মপুরোইববু অথোইব লাইমক্লি খনজদুন থৌগল্লোন কায়জদ্রিবী নুপীবু থাংগৈসেংবী নুপী কৌবনি। নুপী মমা হায়বদুসু মহাক্লা ওইবনি। মরম অসিন অসিগুম্ব নুপীন লমচৎ ফজদব ওইরবসু, অসোন-অনা, লায়রব ওইরবসু মপুরোইববু খক থাদোক্তে। অসিগুম্ব নুপীতন মপুরোইববু অৱাংব থাক্ত থাংগৎপদ কয়া য়াম্ন মতেং ওইব অদুগ অসিগুম্ব নুপী অমগী মপুরোইবন মাগী লোয়নবীগী মতেংদগী কয়া য়াম্না চাওখৎপ ঙম্লকপ হায়বদু ফালদ কারক্লিবিসিংদ মমূৎ তান খঙহনবী।

পূকচেল তপ্প অমসুং সেংব, লমচৎ ফজব, সাউগন্দব, খাঙব কন্নব, অতনব লৈতব- অসিগুম্ব, মতীক ময়াই কয়া চেল্লবী নূপীতন নুপা অমগী লোয়নবী ওইদে মতীক চাবী ওইগদৌরিবনি হায়ব খঙহনবী।

## ৬) য়ুম্বাল পুন্সিগী খুরৌ তাকপ

পূকচেল সেংদবী, পূকচেল লেপ্তবী, পুক্লিং লৈতাদবী, সুনিঙদবী, হৌন খঙদবী, সৌ-সৌ লাউগনবী, হায়ন-তানব য়াদবী, অথোই নাপল কাবী, মতম পূম্বদ মসাগী নুংঙাইনব হোৎনবদ মপূরোইবন ৱান তানজব মরল মথুম মাঙহন তাকহল্লিবী মচা মসুগীসু করি অমত খন্দ্রবী নুপী ওইরবদি নুপা-নুপী অনীগী য়ূম্বাল পুন্সিদ খুরৌ ওইদুনত লৈরগদবনি। অমরোমদ, খুনাইগী চাওখৎ-থৌরাঙগী লমদসু করি অমত খোঙ থাংজিনব ঙম্লরোইদবনি অমসুং অহোয়নদুম খুনাইদসু সোক্লক্কদৌরিবনি হায়বসু তাকপী।

## ৭) পুন্সিরোন্দ য়াহিপ চাকচা ফম্ফম তাকপ

মীওইবন হিপ্প ফম্বগী ফিদুপ খঙদ্রব, চাকচা কাঙলোন কায়রব অমসুং চাবগী চফম সাজেল হৈত্রব, ইথক কাঙলোন কায়রবদি তিন্থুং-লাইথুং চেল্লকই। মবমসিং অসি লৈবন পাখংফাল লৈসাফালদ সৱাক য়ারিব

পাখং-লৈসাবীসিংদ যেন যাহিপ্ত হিপ্পগী য়াওন অহুম, চীংখৈ ফিদুপ অহুমদ ফম্বগী ফম্ফম মরোল খঙহল্লি। ইথক কাঙলোন মরীক চুম্ন খঙহল্লি। য়াহীপ-ফম্ফম কাযরবদি তাইবঙ হুকসাংন লায়থুং-লায়না পক্লকই। তিনচেন লাইচেনব ওইরকই। মসিবু খঙলবদি চহী যান্নব অহল ওইববসু ঈগী ঈচেল কায়দবন মসা মনুং সেংন ফন লৈ। মসিননি "চহী ১৫ গী অহল চহী ৬০ গী নহা" হায়নরিব অসি। অসুম্ন পাউরৌ কয়াগ লোযনন সিন্দম নহাসিংদ কাঙলোন ঙাক্ল চৎপ নত্রগা চত্তবগী অফ-ফত্ত, কান্নব-কান্নদবগী মবম খঙহল্লি।

## ৮) লীচৎ সাজৎকী তঙাইফদব তাকপ

সিন্তাকপ সিন্তাকপীসিংন সিন্দল্লৈইসিংদ ইহান-হানব ৱাখলসিং, ইহান হানব হিংনবগী লম্বী (থবক) সিং অমসুং লমচৎকী ইহান হানব চৎকদব পবিংসিং তম্বী। মসান মসাবু খঙজবিব মীবু মী অথোযব কৌই। পুন্সিদ খ্বাইদগী মরু ওইবদি লমচৎনি। লমচৎ ফজবন থকসি-খাসি ঙাক্ল চৎনদুন পূন্নমকপু পুন্দুন থল্লী, অমগ-অমগ কাযনদন নুংসি-চান্নন লৈমিন্নহল্লি। মসিবু ঙাক্ল চৎনদ্রগন মীওইবদি মী ওইদে। মপা-মচা, মচিন-মনাও, অচৌ পিসক্কী মবক্ত থকসি খাসি লৈবক্তে। সম্ন হাযববদ পুন্সিগী অফব-ফত্তব পুন্নমক লমচৎকী মখা পোল্লি।

মীওইবন তোযন তৌবিব অমদি তিন্নরিব অদুদগী ইসাগী হৈনবী অম সেম্লকই। হৈনবী অদুমক্ মীদুগী লমচৎনি। থেংনকবিবা অদুদগী ফত্তবসিং অদুন সাজৎসু ওইবকই। অদুন মীওইবদি মসা মসাগী লৌসিংতন হিংনব হোৎনরকপন মসান মসাবু সেমজব নৎত্রগ মাঙহনজে। মবমসিং অসি লৈবন পাখংফাল লৈসাফালদ মীচম অমবু মরু চঙব মীসক অম ওইবরুব সেমগৎলকপদ চঙদ্রব যাদ্রব নুংগী ওইবা মহৈ (spiritual education) দ লমচৎ ফজব হাযবসি যাওদব যাদবগী তঙাইফদব লৈবন মসিগ মবী লৈনন লমচৎ ফজববুসু হরু লৌদুন তাকপি তম্বীবিবসিংন ফালদ সরুক যাজরিব যাজবিবীসিংদ মমুৎ তান খঙহনবী।

পূক্নিঙ ৱারক্লব লীচৎ-সাজৎ হায়বসি য়াম্ন মরু ওইবন হিরম অসিদসু য়াম্ন চেকসিনবী। পূক্নিঙ ৱারকপ ঙমদ্রবদি মী অমন মতীক চান হিংব ঙমদে হায়বগী পান্দম উত্তুন পাউতাক কয়া সিন্দম্লোইসিংদ পীবি। অসুম্ন সিন্তাকপ সিন্তাকপীসিংন হায়বদগী তৌবন হেন্ন তম্বী। নিঙতম্ব ৱাখলদগী অচুম্ব নৎত্রগ অরানব লম্বীদ নিঙতম্ন চৎপ ঙম্মী। অসিগুম্ব অরানব লম্বীদ নিঙতম্ন চৎখিব য়াবদগী কলহৌব ঙম্নবগীদমক থোইদোক্ল চেকসিনবী।

## ৯) ফিদম লৌনিংঙাই ওইদ্রব মীসক তাকপ

পূক্নিঙ লেপ্তুব, লৈবাক মচা তাদব, অরূ-অহেন খঙদব, থকসি-খাসি নাইদব, মপা মমা কিদব, লৈবাক্কী অঙম্ববু মীচম ওইন খল্লব, ময়াম্ববু মপা মতোনবু ইপাগুম খন্দ্রব, লমচৎ নাইদব, অহলবু অমসুং মপা-মপুবু লাইদ-লাইনি খন্দ্রব মীদি মফম খূদিঙদ চন্নদ্রবনি। অসিগুম্বা মীদি কান্নদ্রব মীরেম, মীতোকচাক কৌই হায়বদু সিন্দম্লোইসিংদ খঙহনবী। অদুগ নাপল তৌব, ইথক ইরাং তৌব, মীগী মাঙনব থবক্তমক তৌব মীবু মী অতোনব কৌই। থবক পাঙথোক চাম্ব, হোরেন-হয়েং তৌগে হায়দুন হোয়সাংনদুম লৈব মীবু মথৌ মসক খঙদব, অপঙবনি তাকপী। লোয়নন পুক্নিঙ ইথক হৌহল্লিব অসাউব, কল্লকপ, য়েংথিবনচিংব লৈতনব হোৎনবী। ময়াই কাব চীনজাক সিজিন্নদনব পাউতাক পীবি, সিজিন্নহন্দে।

## ১০) চিনজাক্ল মীওইবদ ওইহল্লকপবু তাকপ

তেংবানব মপুন পূম্নমক সেম্ব লোইরগ মালেম লৈমদ তাইবঙ থৱায় পূম্নমক্কী ৱাত্তনব মখল মখা কয়াগী চীনজাক সিন্নবী। পূম্নমক অসিদগী তাইবঙচা ওইবসিংন হৈ-সিংন মচি ওইগদব অফবতবু খল্লগ চাং খঙন চাজরগ অথোইব মসক ওইগদৌরিবনি। অদুগ ওন্ন-তৈর্নরগন ফত্তব মসক ওইগদৌরিবনি। সম্ন হায়রবদ অফব চারগ অফব ওইগনি, ফত্তব চারগ ফত্তব ওইগনি। মরমদি চারু-চারুরিব চীনজাক্কী মতীক ময়াইন মীওইবগী পূক্নিঙদ মচু সঙলুই। হকচাংদি পুক্নিঙন পুরিবনিন পূক্নিঙগী মতুং ইন্ন লীচৎ সাজৎসু ওইবকই। মরম অসিন পূক্নিঙগী মচাক হুল্লিব চীনজাকপু তরাইন

হেক্ত খন্দোক্তুন পঙচা চাব, থকপ য়াদে। অমরোমদ চীনজাক্ল থবায় ওইরিবনিন চাদব থক্তবসু য়াদে।

চীনজাক্কী মতীক ময়াইন মীগী মরক্তস্ পূকচেল খোয়জেন তিন্নহন্দে। চারু চারুরিব তোঙান-তোঙানব চীনজাক্কী মতুং ইন্ন মীগী লীচৎ-সাজৎ ওইরকপন চীনজাক্ল মী সেম্মী, চীনজাক্ল মী মাঙহল্লি। চীনজাক্ল মী, লাই, সাসু ওইহনব ঙম্মী।

অসুন্ন চীনজাক্কী তৌব ঙম্ব অহকপ মতিক ময়াই কয়াবু উৎপগ লোয়নন পুক্লিঙ ব্রাখল ফগৎহনব, পাঙ্গল য়োকখৎপ, অনাব কোকপ, হকচাংদ মচি ওইব চিনজাকসিং চারগ পূক্লিঙ হোংদন ঐন ঙমগনি অমসুং তৌগে হায়ন সাগৎলকপ ব্রাখলগ লোযনন থবক তৌব ঙম্মী হাযব তাকপী।

মীওইবগী চীনজাক্তগী অসাব, অসিনব, অয়াকপ, অখাব, অফকপ, নাতোন্দ কাব, অপুম্ব, অমসুং নমথীব নত্তব উঁহে-ব্রাহৈনচিংব অচাপোত্ত মসান মুনজরিব, মসান ওইজরিব অমসুং তাইবঙ খূৎসেম য়াওদব অদুগুম্ব পোত্তু চারগ হুকসাং সেংগনি, পাঙ্গল কনগনি, কুচু সেংগনি, হুকসাং চাং কায়দন ফগনি, পুন্সিগনি, ব্রাখল লৌসিং চাউখৎকনি। পূক্লিঙ অমকপ লৈতন নাদ-য়েক্তন নুংঙাইন পুন্সি লেনগনি। অদুগ অসাব, অযাকপনচিংব অমসুং হৈ-বা, চারুচিংব অচাপোৎ পূন্নমকপু মতম কুইন থম্লগ পুমদুন মহাও কম্লগ পুক্লিঙ পেন্ন চাব মীসিংদি মসাদ লাইথুং লাযনা হেন্দুন পুন্সিদ লাইর-চুতৎপ ওইরকই। মীগী মরল পাম্মী, পূকচেল ফজদে, লীচৎ-সাজৎ চুমদে, অপাম্ব হেল্লি, অব্রা-অনাগী মৈচাক ফংই।

## ১১) লাইনিঙ লম্বী তাকপ

লাইনিঙ লম্বীগী লমদসু ইসাবু থাজদ্রিমখৈ মপু মাবুসু থাজব ঙম্লোয হায়বগী মরম সুগায়ন তাকপী। কল্লক-যেংথী, অপাম-নুংসি, নাপলনচিংব তাইবঙগী সুমহৎপ কযাদ ময়াই কাদুনা লৈব মীওইসিংন মপু মাবু ফংনব লম্বী থিদে। মখোয়ন মতম পূম্বদ মপাঙ্হোঙগী অরং-অবাক্কী ব্রাখলদ তাউদুন লৈ। থব্রায় অসি কদাইদগী লাকপনো? কবিগী লাকপনো? সিরগ কদাযদ

তিনগদব খঙববু সনামহী লাইনিঙ খঙব কৌই। ঐ কনানো খঙববু সনামহী লাইনিঙ চৎপনি। নমসা পক্লেন তাইবঙদ থৌগল্লিব অসিমক ইপা ইপুগী মথক তেংবানব মপুগী লৈকোন্দি হুকসাংদ লৈ হায়ব তাকপনি। মপুগী মঙাল মসেক য়েনফমসু ওইরিব, থোঙলোন অহুমগী অহানব ওইরিব লাইপক্ত মিংখৈ ময়েক ৫ সোল্লগ খুৎনিঙথৌন পক্লে নমসা থিনজবন মীওইবন পাঙব ঙমদ্রিব অহুমসুব মীৎপু পাঙব ঙমহল্লি, মদুতদ অইঙব, নুংঙাইব, অথোইব হায়বদু ফংব ঙম্মী। তেংবানব মপুগী মঙালন মীওইবগী হুকসাংদ করম্ন ঙাল্লিব, তেংবানব মপুগী চেংলৌ সক্তমদি তাইবঙ মীগী চেংলৌ সক্তম অদুমক্কি হায়বনচিংব তাকপী। মখা তান ঐ কনানো? ঐন করিগীদমক মালেমদ খোঙদারক্লিবনো? ঐ করি তৌগনি হায়বনচিংব তাকপিদুন সিন্দম্লোইসিংবু পুন্সিগী থৌদাং কয়া মসক খঙহল্লি। লাইনিঙ লম্বী তাকপী। লাই নিংবদি পূক্লিঙগী অমম্ব সেংদোকপনি, মঙালগী লম্বীদ চৎনবনি। মনুং লাইমীৎ পাঙহনবনি। নুংদ লৈরিব পাঙ্গল ফৃদোক্তুন পানগী থৌরম কয়া পাঙনবনি। লাই নিঙবগী মহৈদি অচুম্ব, অফব তৌবদ ফংব নুংঙাইব অদুনি, অদুগ লাই নিঙদবগী মহৈন ফত্তব অরানব তৌবদ ফংব অৱাব অদুনি হায়বা খঙনব তাকপী। অসুম্ন লাইনিঙ লম্বীবু পুন্সিগী নুংঙাই য়াইফব তাল্লিব মীওইসিংগীদমক্তদি থাদোক্লব য়াদ্রব অসেংব, অচুম্ব মঙালগী লম্বীনি তাকপী।

লাইনিঙ লম্বীগী পরিং পথাপ নাইন পুন্সিরোল কাঙলোন চৎপ তম্বী। মসিন মতিঙ লৈব পুন্সী অম ওইহল্লি হায়বদু খঙহল্লি। তিঙবু সিজিন্নদুন পুন্সিগী থৌদাং কয়াবু পাঙব ঙম্নব লম্বী তাকপী। মতিঙ লৈন পাঙথোকপ থৌন কাঙলোন্ন পুন্সিবু মহৈ য়ালহল্লি হায়বা খঙহল্লি।

## ১২) য়ুম্বাল্লোন্দ হৈজিং খরায় পুব

য়ুম্বানবদি নুপা নুপী অনীমক্ল অফব, মরূ চঙব ইচা পোক্লে অমদি তাইবঙ মপুগী সিন্থা পাঙলমগে হায়বগীদমক্তনি। মীতৈ ইপা-ইপুসিংনা য়ুম্বাল লীচৎপু ঙাক্ল চৎনরম্বন মতীক ময়াই লৈন, পুন্সি নুংসাংন পান্নরম্মী। য়ুম্বাল

পুন্সি চঙলমদাইগী লুহোঙবগ মরী লৈনন হৈজিং খরায়দ হৈরাঙ-লৈরাং হাপ্তুন হৈজিংপোৎ পুবগী চৎনবী অম লৈরম্লিব অসিগী নুংগী ওইব ঈচেল অসিনসু য়ূম্বাল লম্বীদ চঙবসি তরাইব থবক নত্তে, অদুক্কী মতীক হকখ্রবা লাইগী লিক্লম অমনি হায়বদু অদুম্মক তাকচৈ। মসিমক য়ূম্বাল লম্বীদ চঙলক্কদৌরিব পাখং-লৈসাবী অনীমক্ত তাইবঙ লীচৎ অচুম্ববু মনুং মপান নাইন খঙজিন্নবগীদমক্তা লাইওইরব ইপা-ইপুসিংন থম্বীরম্লিব থৌরম্নি।

হৈজিংপোৎ পুদুন লুহোঙ-খোঙদোঙলকপী, লাইগী লীক্লম চুম্ন লাকপী, মচা পিবা হান্ন পোকপী, মচা অতেক-অকায় লৈতবী, মপুরোইব কায়ন-সেৎনদ্রিবী মহাক্তি সাগৈ-সলাইগী অথোইবী, লৈম লীচৎ চুম্বীনি লৌনৈ।

হৈমন-লৈমন লাইদ কৎপ য়াদবগুম চেল্লুরব পা-পী অনীবু হৈমন-লৈমনগী পাংখক ওইন লৌরগ লাইগী থৌরম তৌদুন লুহোঙ-কৈহোঙ তৌবদি তৌহৈদে হায়দুন তৌনরমদে। মরম অসি লৈবন ইপা-ইপুসিংন চেল্লুরগ লুহোঙ-কৈহোঙ তৌবদি নামুংই হায়দুনা লুহোঙনরমদে। য়েক থোক্লববু য়েক ওম্থোক্লগ লাই মীনম চাদুন লুহোঙবগী থৌরম তৌববুসু কিন্নরম্মী।

## ১৩) য়েক মসেল চারৌ মৌরৌনব য়াদে তাকপ

ইপুথৌ পাখংবগী হাক্তক্ত সলাই খুম্থোক খায়নরক্তুন য়েক্ক য়েক্ক, সলাইগ সলাইগ লৌনব য়াদবগী অচেৎপ, লেঙব য়াদব ব্রাহৈন সরী নমুংনখি। মতম অসিদগী চাথি-মৌথিবদ সলাই লূক থিব হৌনরকখি। সলাই লূক অমগী চনুরাবু লূক হোংনরক্তুন অতোপ্প লূক তিনব হৌখ্রে। সলাই তরেৎকী চাদা-নাউদান ঈ মসেল লৌনরবদি পুন্সি নুংসাংদে। মরম অসিন য়েক মসেল চারৌ-মৌরৌনব য়াদবগী চৎনবী হৌজিক ফাওব লৈরি। লাইগ-মীগ য়েক্লব, সাগৈ-সলাইগসু য়েক্লব, মাগী-মাগী সূথাঙ তরেৎলক্ত সাগৈ মূৎপ হায়রিব চৎনরোল অসি লৈরম্বন পারম-পূরমদগী চারৌ-মৌরৌনব মতমদ মসি ঙাক্ল চৎনৈ। ইতিন্নববু য়েক তিন্নব হায়বসিনি। কন্নাগুম্বন য়েক মসেল লৌনরগ

সাগৈদগী ইম্বোক্লম্মী। সাগৈ মরক্ত তিলহল্লমদে, খুনাইদগীসু তাম্বোক্লম্মী, হাওজোংবন্দ থানরম্মী। অসিগুম্ব পূক্লিঙ বারক অসিমক অথোইব লম্বী ওইন পাথাংকোক-পুথাংকোক্ল মৈন ব্বায় তাংন সম পরিং পথাপ কায়দন চৎনরকপবু পাখংফাল লৈসাফালদ সিন্তাক্লোইসিংন সিন্দল্লোইসিংদ মমূৎ তান খঙহনবী। অমসুং অসেংব য়ূম্বাল পুন্সি তাল্লিব পাখং লৈসাবী অনীনা ঈগী মবী নক্লব, সাগৈ সলাই তিন্নব মসেল কৈদৌঙৈদসু লৌন-লৈনব তৌরোইদবনি হায়ব অচেৎপ থাজবদু উৎপী।

## ১৪) মচা ওইবসিংদি মপা মমাগী অনীসুব মওঙনি তাকপ

মপা ওইবগী অসেংব লল মচানুপাদ অদুগ মমা ওইবীগীন মচানুপীদ থূপ্তুন লৈ। মসি খঙলবতদ য়ূম্বাল্লোনগী অথূপ্প কয়াবু খঙব ঙমগদৌরিবনি। মপা মমাগ য়াম্ন নক্লব মরী লৈবন “মচা ওইবসিংদি মপা মমাগী অনীসুব সেমদোক্লব মওঙনি” হায়নরিবনি। মসি তিন্ন-তোৎনবগীসু মখা পোল্লি। অসুম্ন মপা মমা নৎত্রবসু অঙাংসিংন মখোযগ তবোৎ-খদানন লোয়নবিব মীওইসিংগী লমচৎ সাজৎ অদুদ মখোয়গী হৈনবীবু সেমদোকপ তম্বী। অসিনচিংব নুংগী ওইব পাউতাক কযা সিন্দল্লোইসিংদ কূপ্প নৈনবী।

## ১৫) করম্না পা-পী অনিন চাদা নাউদাহন্দুন তাইবঙপাল অসি ওইখ্রিবনো তাকপ

· নুংসিৎ সিদবন সাদোং ওইরিব থব্বায় মিরেল অমবু তাইবঙ মপুন মপা ওইবদ সিন্নবী। পম্বৌ মপাদ পন্দুন লৈবিব ইরীক অসিবু মপা ওইবন থাবুঙ অনী নাউপুদুন থম্মী। অদুদগী মপাগী ইরীক অদুন পলেম মমাগী খোয়জিখাদ তুংদুন নাউয়োম ওইন য়োমদুন পীবূক্লুংদা থাবূঙ তরা নাউপুরব তুংদ পলেমগী নাউবী কোন্দগী তাইবঙপাল অসিদ ফাওরক্তুন মালেমগী ফম্বাল থকসিদ কবিসু খঙজদব, লানজদব, সেংলব, লাইগী মতীক মঙাল য়াওরব নাব্বা ওইব খোঙদারকই। অসুম্ন তাইবঙ মপুন তাইবঙপানব অসিদ থাবিরক্লিব অঙাং খুদিঙদ চারা সেমখ্রব অচৌবগী মতৌবু মখা তান সমথনব

অমসুং অফব মায়কৈদ লমজিং পীনব হায়দুন মপা-মমা ওইবসিংদ থোইদোক্ল মতীক চাম্ন হায়বদু ওইহনখ্রবনি। অদুগ তাইবঙ সিঙ্খাসিংগী মনুংদ মপা মমা ওইবসিংনা মসান মসাবু ঙাকচব ঙমদ্রিব ফাওবদ ঙাকপী সেনবীনবসু সিন্নবিখ্রবনি। মরম অসিন মতীক চাব মচা ওইনবগীদমক মতীক চাব মপা মমা ওইদব য়াদে।

অসুন্ন, লাই হরাউবনসু তাইবঙপাল অসি পা-পী, লাব-অমোম খায়ব অনীগী তাইবঙনি হায়ব উৎলি। পা ওইবগী কয়াৎনুংদ পাগী মহে ওইন লোইদাম থাবুম অনী নাউপুরে। পলেম পীবূকুংদ লোইদাম থাবুম তরা নাউপুরে। ইপাদগী লাকপ নাৱা মরুনা ইমাগী নাউবীফমদ তারবগ ইমাগী থাগী ইয়েল চাদুন সাইওন ১০ ওনখ্রে। অসুন্ন অনীন চাদা-নাউদা তাহন্দুন তাইবঙপাল অসি ওইখ্রিবনি।

## ১৬) লাই হরাউবগী কুমহৈন করি উৎপগে তাকপ

লাই হরাউবদ লৈসেম্লকপ মতমদ করম্ন সেমখিব, তাইবঙ থৱায়ন পলেম ইমাগী পীবূকুংদ লৈরম্বদগী তাইবঙপালদ ফাওরক্লব তুংদ য়ুমকৈ সাদুন লৈব, লৌ-সিঙ উব, ফিসা-লোনসানচিংব তৌব-অসি পূন্নমকসি লাইরেল মথেক চৎপনচিংবন উত্তুন তাকই। পেনা সকপন অনোয়রোন লাইবোল সকপগ লোযনন মাইবীন অয়াওব মী পূন্নমক্ক লোয়নন লৈসি জগোয় সারগ হকচাং কয়াৎ খূদিঙমক সাবগী তোঙান-তোঙানব লাইবৌ খূৎথেক অমসুং খোঙথাংদ জগোই সাই। হকসাং কয়াৎ পূন্নমক সাব লোইরগ লৈসি জগোই অমুক সাই। অসুন্ন থৱায় হাপ্প ফাওবদ লাইবৌ খূৎথেক ৬৪ ন উৎলি।

হকসাং কয়াৎকী সরুক খূদিঙমক জগোয় খূৎথেক্ল উত্তুন তাকই। তোঙান তোঙানব খূৎথেক্ল তোঙান-তোঙানব ৱাহঙ্গোক উত্তুন পোকপদগী সিব ফাওবগী মনুংদ পাঙথোক্লিব থৌরমসিংবু অমত্ত চিৎথদন সৈথাদুন ফোঙদোকই। জগোয়তন য়ুম সাব, ফি সাব, লৌ-উব, পাম য়ানব, লোংখোনব, সিঙ চনব, মুক্লা-কাংজৈ সান্নব, হি হোনবনচিংব পূন্নমক উৎলি। মরম অসিন

চীংজা-তমজা কংলৈচাসিংগী নাৎ, ফিজেৎ-চাকচা, লোয়নসিল্লোন, মীহৌরোন্নচিংব যাওরব কুমহৈে লাই হরাউবন কংলৈচাসিংগী সত্তাকপ কুমহৈে ওইরিবনি হায়বসি পাখং লৈসাবীসিংদ খঙহনবী। পুন্সিগী সিন্থা কয়াদ পূক্লিঙ থিংজিলহল্লি।

### ১৭) ইপা ইমাবু লাইনিং তাকপ

তাইবঙগী ইপাবু লাইলৈবাক কৌই। তাইবঙপানববু উহনবিরিব ইপা ইমাবু মীৎন উব লাই কৌই। মীওইবগ খ্বাইদগী নক্লব লাইদি ইপা ইমানি। ইপা ইমাদি লাইগী ঙমথংনি। মরম অসিন "কোরৌ নোংদোন্ন ৱাংবরা পন্থৌ ইপান মৱাংই, মালেম লৈমন লূম্বরা পলেম ইমান মরূম্মী" হায়বিবসিনি। ইপা ইমাবু লাইমক্কি খন্দুন তৌবীমল খঙব উৎপন মালেমসিদ পোকপগী মহৈে য়ানবনি। ইপাদ চৎকদব লম্বীন লাইনিঙ লম্বীনি। ইপান পেল্লগ লাই পূন্নমক্ত পেল্লি। লাই পূন্নমক্ত পেল্লগ তেংবানবগী মপুন পেল্লি। মরম অদুন অদুগুম্ব মতীক চাব মপা মমাগী পান্দম সিন্দল্লোইসিংন খঙদব য়াদ্রবনি হায়বসিদ পূক্লিঙ চিংসিনবী।

### ১৮) য়ূম্বাল্লব মতমদ পা-পী করম্ন লোয়নগদগে তাকপ

য়ূম্বাল পূন্সিদ খোঙদারক্লব মতমদ পা-পী অনীদি পুন্সিগী খোঙলোই ওইমিন্নগদৌরিবনি। অৱা-নুংঙাই সরূক য়ামিন্নগদৌরিবনি হায়বগী ৱাখলগ লোযনন অফ-ফত্ত পূন্নমক তাথোক-তাসিন তৌনদুনা অইঙব, মরা চেৎপ য়ূম্বাল পুন্সি অম পুরক্লব হোৎনব তাই। অমরোমদ পা-পী অনীদি হকসাং তংখায় তংখায় ওইবন অৱা-নুংঙাই অনীদ তৎন-থানব য়াদন অমন অমগী মতেং পাংনরিবনি, পাংনগদৌবিবনি। অমন অমগী পোৎথাফমসু ওইরিবনি, ওইগদৌরিবনি।

### ১৯) য়ূম্বাল্লোনগী নুংগী ওইব অহকপবু তাকপ

পূন্সিরোলদি য়ূম্বাল্লোনগ থাদোক্লব য়াদে, য়ারোই। হৌজিক্কী মালেমসিগী চাওখৎ-খোঙথাংদা য়েংলগসু য়ূম্বাল্লোন করিনো হায়বসি থিজিন্দব য়াদ্রবনি। সম্ন হায়রবদ নুপা-নুপী অনীন পূকচেল খোয়জেল তিন্নন নুংঙাই য়াইফব পুন্সি অম তানখৎলকপবু য়ূম্বানব কৌব য়াই। অদুগ য়ূম্বাল্লব

নুপা-নুপী অনীন করম্ব লীচৎ-সাজৎ, করম্ব চাকচা-ইথক, সিল্লোন-সিন্থা, য়ূমদিল্লোন্নচিংব ঙাক্ল চৎকদগে হায়ব নৈনববুন য়ূম্বাল্লোন কৌব য়াই।

য়ূম পানব হায়বসি নুং-পান অনীথোক্ল খায়ব য়াই। পানগীন নুপা-নুপী অনীন সুমিন-নোম্মিন্নদুন মীমান্নব ঙম্নব তৌব থৌরাঙ কয়ানি। অদুগ নুংগীন হেন্ন হকচিনব, য়ূম্বাল্লোনগী পরিং পথাপ কয়া ঙাক্ল চৎপ, হকসাংদ তিম্থুং-লাইথুং চঙদনব সাজেন ঙাক্ল চৎপ, অফব-অসেংব চীনজাক চা-থকপ, যাহিপ চাকচা-ইথক্কী অচেৎপ কাঙলোন কয়া ঙাক্ল চৎপ, য়েনহেন কাঙলোন ঙাক্ল চৎপ অসিনচিংবনি।

য়ূম পাল্লিব নুপা-নুপীন হকসাংনুংদ থূপ্তুন লৈরিব হিংনবগী পাংগনবু মবম চাদন মাঙহল্লব, ঈগী ঈরম খঙদ্রব, হকসাংগী লৈসাৎ মতম খঙদ্রব অদু ওইরবদি হকসাং সোল্লক্কনি, লাইথুং লাইনা কয়া পোক্লক্কনি। কান্নদব পুন্সি ওইবক্কনি। অদুগ মখোয়ন পোক্লকপ মচা অদুসু মপূঙ ফাব খক ওইরোই। তিনচেন লাইচেনগনব, হামচৎনব ওইরগনি। অরেম্ব মপোক ওইরগনি। অদুগ অমবোমদ, হকসাংগী তাঙলব ঈরীক (ফম্বী) সিজিন্নবগী কাঙলোন চুল্লবদি নুপা-নুপী অনীমক পুন্সি নুংসাংব, মসা মরূ খিঙব, তিনচেন-লাইচেন্দব ওইগনি। অদুগ মতম চান অফব মচা পোকঙমজদুন পুন্সি মহৈ য়ানব হায়বদু ওইগনি। পুন্সিবোল পুযাদ থোপকী মথক্ত লৈব পূঙ, ৱাখল লৌসিংগী থোক্লফম (হৌরকফম) বু "ৱাকোনপূঙ" কৌই। মসিদ সাৎপ ইঙৈল্লেবু ইয়েল্লে কৌই। পুন্সিবোন সান্নবসিংদি ইয়েল্লে অসি কেন্দে। য়ূম্বাল্লব নুপা নুপীনবু নাব হৌনবরা? ইচা পাল্লবসু নুপা পোক্কে, নুপী পোক্কে ইনিঙনিনা। ঐগী ইচানবু সোয়ব হৌনবরা? হায়বনচিংব কয়া অহল লমন্ন থৌন-ফন হায়রল্লিব অসি য়ূম্বাল্লোনগী থূপ্লব কাঙলোন কয়া খঙবননি। মরম অসি লৈবন য়ূম্বাল্লব নুপা নুপী অনিনা পুন্সিরোন অমসুং য়ূম্বাল্লোনগী অকূপ্প কাঙলোন কয়াবু খঙদব য়াদে। মসিবু খঙন য়ূম্বাল পুন্সিদ খোঙদাববদি মখোয় মসাগীত নত্তন লৈবাক খুনাইগীসু অফব পুরক্কনি।

ফম্বীরোন খঙন পুন্সি ইয়েল্লেবু নিঙথিন লাকসিন্ন চৎপ ঙম্লবদি মী অথোয়ব ওইব ঙম্মী হায়বসি লাই হরাউবগী পরিংদ খুদম চাংদম উত্তুন তাকপী।

কংলৈ খুনাইচাসিংগীদি লাইতিনগী মিথোলোজিগী ৱাফমসি য়াম্ন মরু ওই। মসিমক্তন অঙনব মতমগী ৱাখলগ হৌজিক্কী ৱাখলগ মরী থম্লনব অমত ওইব লীক্লমদি লাই হরাউবন ওই। কংলৈচাসিংন মসাগী ৱাখল হেক লৈরকপদগী হৌজিক ফাওবদ লাই হরাউবন লৈসেম্বগী অথুপ্প কয়াবু খঙনব হোৎনরক্লি, হোৎনরি। লাই হরাউবন মীওইবদ তোঙান তোঙানব ৱাখল্লোন কয়া পীরি। মরম অদুন সিন্দল্লোইসিংন কয়াৎ মপৃঙ ফাদ্রিঙৈদ য়ুম্বান লম্বীদ চঙদনব লাই হরাউবগী ৱারী পরিংদ য়ুম্বাল্লোনগী মরী লৈনব অহকপ পাউতাক কয়া তাকপি-তম্বী।

## ২০) লাই হরাউবন য়ুম্বাল্লোনগী অহকপ তাকপ

মীওইবন অপেনব হায়বসি ফংদ্রিঙৈ ৱাখলগ পূক্লিঙগ অমুক অমুক ঙম্নরম্বদগী কাইনথংদ ৱাখলন পূক্লিঙবু খুদুম চন্দুন অনীগী লাঙ্থেং মৈসা মৃৎখি। পূক্লিঙন ফম-য়াম্ন লম হেল্লবসু ৱাখলন লায়ন লাকসিনব ঙম্মী হায়বসি লাই হরাউবদ নুপা নুপী অনীন পৌ চিংনবদ নুপান ঙমহল্লিব অদুন তাকই। অদুগ নুপা নুপী অনীন লাইমাঙদ জগোই সাবদ নুপান খুদুম সিঙন অদুগ নুপীন থেক্ল নৌন সাবন নুপান অৱাংব ৱাখল, নুপীন লমহেনচাউবী পূক্লিঙগী মওঙ তাকপনি। ৱাখলন পুক্লিঙবু খুদুম চন্দুন কল্লকপ, মিহৌব, অপাম্ব, অসাউব, অপাম নুংসি হায়রিব পূক্লিঙগী য়েক্লব ইহুনসিংবু থাদোকপ ঙম্মী তাকপনি।

লাই হরাউবদ - "কে কেক কে মো মো
য়াংকেন সম্ব স্যাও স্যাও
তোকপগ কাম্বগ
কৈগ য়েনগ
য়েনখোং ফত্তে চাসিল্লো
লাইগী য়েননি চাফদে
কে কেক কে মো মো।"

হাযবিব উকলি (ঔকলি) হংকেন সান্নবদ যাওবিব রাফমসিংন তাক্লিবদি ফম্বী যেনবু যেনখোং (যেন্ন খোংবগী মখোং) তমদুন হৌদোকপনি। নুংগী ইচেন্ন তাক্লিবদি তাইবঙ হুকসাংগী ফম্বী (যেন) বু অপাম নুংসিন মবম ওইদুন লেম্ফুদগী যাঙলেন সিংলিদ কূমথবক্লে। অদুবু অমুক হনকৎহনখিববু যাংকেন সম্ব স্যাও স্যাও (তপথখো তপথখো) হাযবনি। পূক্লিঙবু ফাথবনি। মীওইবগী রাখলন কৈ/তোকপ অদুগ পূক্লিঙন যেন/কাম্ব ওইবনি। রাখলগ পূক্লিঙগ লান থেংনবদি রাখলন ঙম্মী।

অপাম নুংসি কৌব পূক্লিঙন মবম ওইদুন ফম্বী (যেন) ন কূমথবক্লিব অসি রাখল থেনবদ্দগীনি। বাখল থেনবগী খল্লুববদি অপাম-নুংসি কৌব পূক্লিঙদ পীথোকখিবসু যাবনি। অদুবু হুকসাংগী যেন হাযবসিন রাখল লৌসিংগী মৈবা অমদি পুন্সি লীসাং ওইবন মসি মাঙহনবদি যাদে হাযবনি।

লৈবাংন লৈমন চন্দুন কেনবগুম মাঙখিগদব তাইবঙ হুকসাংবু ফম্বী ইযেল্লৈন কন্দুন পূক্লিঙ হকচাং পাঙ্গল মযেং তাহন্দে। পূন্সি যেন্নিঙ হুলহল্লিব য। শ্বী ইবিকপু তোকপগ কাম্বগ তান্নবগুম, কৈগ যেনগ তান্নবগুম মাঙখিনব তান্নহনগনু। লাইন পীবকপ যেন্নি। মসিবু মাঙহনখ্রবদি মী অথোইবসু ওইব চন্নবোই, পুন্সিসু অদু ম্মক লোমখ্রগনি।

২১) পুন্সি ইযেল্লৈবু লাই হবাউবগী পরিংদ খুদম উত্তুন তাকপ

"চীংদ সাৎপ ইঙেল্লৈ (ইযেল্লৈ)
চিন্নদন কেনখিব কল্লকই
ঐন কেনদে কেন্দেদো
মালংবন হুম্বগী কেনবনে
মালংব ঐসু কৈদৌদে
লৈবাংন লৈখোক লোইবগী কেনবনে।"

রাফম অসিন তাক্লিবদি চীংগী পান্দম লৌবিব মীওইবগী হুকসাং কযাত্ত খ্বাইদগী রাংব কোক (লেম্ফু) দ সাৎলিবী তাঙলব লৈ তম্ফা (ফম্বী) কৌবী ইযেল্লৈদি অপাম নুংসিগী নুংসিৎনবু সিৎলক্লবদি খক কেন্দে।

মীওইবন ৱাখল থেনবদগী লমহেন চাউবী পূক্লিঙবু খূদুম চনব ঙমদ্রবদ অপান-নুংসিগী নুংসিৎন হুম্লকপদ কেনবনি। অদুবু অপাম-নুংসি কৌব পূক্লিঙদি ৱাখলগী মাযরৈ (মায়ওন) তুং ইনজবতনি, ইয়েল্লৈবু য়েক্করুব্বদি নত্তে।

লৈরাংগ পাংখক ওইরিবী ইয়েল্লৈ অসিদি অচম্ব লৈরাংদি নত্তে। তাইবঙগীদি পুন্সি লৈনি, থৱায় লৈনি, পাঙ্গল লৈনি, ৱাখল মৈবা পীব লৈনি, চীংঙু মতীক খঙন লৈনি। অসিগুম্ব তাঙলব লৈরাং অসি অপাম-নুংসি কৌবী পূক্লিঙন হেক হেক মাঙহল্লি।

অসুম্ন পাখংফাল লৈসাফালদ কারিঙৈ পাখং-লৈসাবীসিংবু তুংগী মতীক চাব, মরূ চঙব মীওই ওইনবগীদমক পূক্লিঙবু লাকসিন্দুন অমদি পুন্সিদ সোয়দন থেংনরগদব খুদোংথীব কয়াদগী নাম্থোক্তুন অচুম্ব, অফব লম্বীদ হৈনবী ওইন চৎপ ঙম্নবগীদমক মক ওইন থকসি-খাসি, হৌন-লোনচৎ, হুয়য়েন লাল্লোং, পুন্সিরোল, য়ুম্বাল্লোন, লাইনিঙ-লম্বীনচিংব তাকপী-তম্বী।

মীওইবগী ৱাখলন লমহেন চাউবী পূক্লিঙবু খুদুম চনথ্রবদ পূক্লিঙগী নাপল মাঙহন্দুন কল্লকপ, মিহৌব, অসাউব, লৌনম্ব, অপাম-নুংসি, নাপল হাযরিব মযাইসিং থাদোক্লগ ৱাখলগ তিন্নাখ।

তাইবঙ হুকসাং কোনবু চেৎন কোনবীবিব, যাইবী থৱায ওইবিব, ৱাখল মৈবা ওইবিব হুকসাং কোনগী তম্ফা (ফম্বী) বু অপাম - নুংসি কৌব পূক্লিঙদ সিন্নথোক্রুবদি পুন্সি লমদাং সাংন, পাঙ্গল কন্ন, পূক্লিঙ মকা লাম্ন, নাদ যেক্তন, কুচু কুমেন থোক্ল, চীংঙু মতীক খঙন, ৱাখল মঙাল চাউন পুন্সি মহৈ যানববু ঙমজে।

অসুম্ন য়ুম্বাল্লোনগী নৈনরকপ পবিংদ পা পী অনীন অপাম নুংসি কৌব পূক্লিঙবু খুদুম চনব ঙম্লবতদ পুন্সি মহৈ য়ানব ঙমজে। অদুগ অমরোমদ, পা পী অনীন নৌবিঙৈ অপাম-নুংসিগী ইবাংদ করাম চাউববদি পাঙ্গল মযেং তাই, ৱাখল লৌসিং ফকচিল্লি, ঙন্ন পুন্সি লৈমন চল্লি। মপোক মহৈ য়ান্দব হাযবদু ওই হাযবসি সিন্দম্লোই নহাসিংদ মমূৎ তান তাকপী তম্বী।

## ২২) য়েনহেন কাঙলোন ঙাকপন অথোইব মী ওই হায়বগী খুদম তাকপ

যেনহেন কাঙলোন কবম্ন ঙাক্কদগে অমসুং যেনহেন কাঙলোন ঙাকপন তুংগী লম্বী সাংন উব ঙম্মী হাযবদু পাখংফাল লৈসাফালদ তাকপী। খুদম ওইন, খুমন পুবেনবন যেনহেন কাঙলোন ঙাকখিবন মহাক্না ঙাংখৈলেমবু লৈসাবী ওইন ফংজববসু ঙাংখৈলেমবু পামজবিব নিংথৌদ চিংনব লৈতন কৎচখি। মহাক্ন কৈ তবেৎ হিংন ফাবগ নিংথৌদ কৎচখি। মহাক্কী যেনহেন কাঙলোনগী মঙান্ন কৈন মহাকপু সোকহনব ঙমখিদে। মহাক্না তুংগী লম্বী উবন খম্ববু পোক্ত্রিঙৈদগী নুপা ওইনা পোক্কনি হাযব খঙব ঙমখি। খম্বন চাউগদব সাংগদবস্ন হান্নন খঙব ঙমদুন ফুবিৎনচিংব তুদুন থম্বীখি। মদু খম্বন পোক্লগ, চাউবগ সিজিন্নখি। চাউন-চাউন তুখিবন খম্ব নত্তন কন্না অমতন সিজিন্নব যাদে, চা-নদে।

অসিগুম্ব ৱাবীবু অহল লমন,অখঙ-অহৈ কযাদগী তাবিব অসিন অচুম্ববু ওইববসু চুমদববু ওইববসু যেনহেন কাঙলোন ঙাকপন মপান নাইদ্রব মতীক মযাই চেনব মীওইপোক ওইদুন তাঙলব লন কযা ফংব ঙম্মী হাযব ফাওবদি তাকই।

অসুম্ন ফম্বীবোন খঙন পুন্সি ইযেন্নৈবু নিংথিন লাকসিন্ন চৎপ ঙম্ব মীওইসিংদি মী অথোইব ওই হাযবসি লাই হবাউবগী পবিংদ খুদম চাংদম উত্তুন তাকই।

## ২৩) পাখংফাল লৈসাফালন চীংজা তমজা অমত্তনি তাকপ

কংলৈ লমদম অসিদ লৈসেমঙৈদগী পূন্ন হিংমিন্নবক্লব লোযনন কংলা খুন্নাইবু সেমগৎ সাগৎপদ সব্বক যামিন্নবক্লব, তোঙান তোঙানব কাঙলুপ ওইজববসু পুংগী ইচেলদি মীতৈ তমজাগ অদুম্মক মান্নবক্লব চীংজাসিং হাযবদি বোংমৈ (কম্বুই), তাংখুলনচিংবগী তোঙান তোঙানব মিংদ (মখোয মখোয়গী লান্দ বোংমৈগী খংচু লুচু, তাংখুলগী যাবোনলোং ঙালালোং হাযদুন) পাখংফাল লৈসাফালগী মীযামগী ওইব মফম থম্লে। মখোযগী যুমসাদসু পাখং লৈসাবীসিংগী তুম্ফম-ফম্ফম ওইব পাখংফাল লৈসাফালগী মফম অদুম্মক হাপ্নবম্মী হাযবসি মখাগী ৱাবীন তাকই ঃ-

**(১) খংচু (পাখংফাল) অমসুং লুচু (লৈসাফাল)** হায়বসি রোংমৈ (কবুই) খুল অমদ লিরব মতমদগী হৌন ওঙাইফদব লৈরক্লব অদুগ হৌজিক হৌজিকমকসু মদুগী মমি খরদি মুত্তন অদুম্মক লৈরিব খুলগী পাখং লৈসাবীসিংগী তুম্ফম ফম্ফন্নি। মখোয়গী অরিব য়ুমসাদ য়ূম অদুগী মসাদ পাখং নৎত্রগ লৈসাবীসিংগীদমক্ত মফম খাক্তুন থম্মী। মদু য়ূমগী মমাঙ থংব সন্ধক মাঙ্গোলগ তাইনবদ ওই। মদুদ পাখংসিংন উ তুপ্ন মোন ওইরগ উপাক্ত পরেং পরেং তূম্মী। অদুগ লৈসাফালদন লৈসাবীসিংন তৌ, য়েনদৌ, ব্রাগুম্বন সাব ফক্ত মখোয়গী তুম্ফম ওই। অদুগ লেমহৌরিব য়ূমগী মনুং থংব সন্ধক অদুন য়ূম্বুদুগী ওই। খংচু-লুচু অসি খুলগী মীয়াম্ন য়াব পাখ্রা-লুখ্রা তাদব, খর সিঙথানঙাই ওইব ইমুং অমদা ওই। অদুগ কবিগুম্বদ খুলন চাউখিদুন মফম অমতদ পাখং নৎত্রগ লৈসাবীন পূনবদ খুদোং চারোইদব ওইরগদি কাইপী (অব্রাং) খংচু নৎত্রগ লুচু অমসুং কাইতা (খা) খংচু নৎত্রগ লুচু হায়নসু খায়দোক্তুন তোঙান-তোঙান্ন থম্নে।

**খংচু (পাখংফাল)** খংচুদ খুল অদুগী পাখং মকোক (গানপী) অদুন মদুদ সন্ধক য়ারিব মখা তাব নহা ওইবসিংবু মাগী মাগী পুম্সিদ ওইরক্কদব হৌন-লোনচৎ, থকসি খাসি, লাইনিঙ লম্বীনচিংবগী খঙফম থোকপ কয়া অমদি ফুরুপকী মতুংইন্ন সক্কদব ইসৈ, সাগদব জগোই অমসুং তোঙান তোঙানব থীদোক্ত তোঙান তোঙান্ন যেগদনা পূঙলোন, হোই লাউবগী খোল্লাউনচিংব নিঙথিন হৈহন্নবা হোৎনবী। পাবা নাইন তম্বী, অকক্লগ নুমিত্ত মসিমখৈদি ফাদব যাদে, খঙদব যাদে হায়বগী অক্নব যাথংসু পী। মদুগী মতুংইন্ন মখা তাবসিংন ফানব, হৈনব হোৎনৈ। ফানৈ, হৈনৈ। অসুম্ন খঙদববু খঙনব, হৈতববু হৈনব হোৎনবী। কবি অমুক হায়রুগনি মপা মমা, মচীন মনাও মবী মতাসিংন ব্রারক-ব্রাতেম্ব ঙমদব পাখংসিং অদু ফাওব পাখং মকোক (গানপী) অদুন লমজিংবীদুন নহা ওইবসিংন লান্ন চৎখিগদব লম্বীবু চুমথোকপী।

পাখং মকোক (গানপী) অদুগী মখা তাব মখৈ অদু "থিংখাংলোইনা নুল" হায়ন খঙনৈ। হায়রিব "থিংখাংলোইনা নুল" অসিন মৈ যাইনব,

ইসিং লুম্নব, থোং-থাক্লবগীদমক্ত সীং চন্দুন খংচুদ অৱাৎপ লৈতন চাং নাইন পুরক্কদবনি। মখোয়ন গানপীগী ফমুং-ফানুং সেম-সাব, খোঙ-খুৎ হাম্ব, খোঙ নোইব, হিদাক হানবনচিংব কয়া তৌদুন গানপীবু মপূক পেলহল্লি। অমরোমদ, গানপী অদুন থিংখাংলোইন নুলসিংবু ফজন লমজিংবী। সম্ন হায়রবদ, পাখং মচাসিং অদুন খুল অদুগী অমসুং লৈবাক খুন্নাঈগী মনুংদ হিরম খুদিংমক্ত মতীক চাব মী ওইরক্লব মচাকসিং অদু খংচুদগী ফংহল্লরুব হোৎনবী।

অদুগ, ফালদ কারক্তব নত্রগ থেঙন কারকপদ মরম চাদ্রবদি চুম্রে মসা মৈ ইক্লগ ফুদুন চৈরাক পী। খুলগী মনুংদ কনাগুম্বন হুরান-চীঙ্খী তৌরকপদ গানপীন ফু-চৈদুন ৱারকই। মরাল খর চাউব হায়বদি হাৎন-সুনবগী মরালগুম্ব, খংচুদ ৱারকপদ খর ৱাগদব ওইরগদি খুল অদুগী খুলবু অমদি খুল্লাকপগ লোয়নন অহল-লম্মন্নচিংব য়াওন মরাল অদুগী মতুংইন্ন ওক ৱায় মঙা চাউব, য়ু খরূং অম কোংলগ "পৈ কাই" (থৌবৈ) দ ৱা লোইসিল্লি। মসিদ য়ানদ্রগন লৈবাক্কী ওইব ৱায়েনসঙদ চৎনবম্মী।

অদুগ খংচুদ "গান কাইবমমৈ" (অথাকপ মলগুম্ব পাখং) হাযন খঙনব পাখং অম থবক অমত সূহন্দন, চীনজাক অফব পীদুন থাক্তুন থম্মী, মপাঙ্গল কলহল্লি। কনাগুম্ব য়েক্লবগ মায়োক্লরকপ মতমদ মহারু মহাক্কী তৌব ঙম্ব উত্তুন য়েক্লবসিংবু নিঙহন্নহন্নব হোৎনৈ। মহাক অসি খুলগী ঙাক-সেনবগী থবক্কুম্বদ লুচিংব অমগুম থম্বনি।

লুচু **(লৈসাফাল)** লুচু অসিসু রোংমৈ খুল অমদদি খংচুগুম্ন য়াম্না মরু ওইব অমনি। মসিসু পাখ্রা লুখ্রাগী ইমুংদদি ওইনদে। লৈসাবী ময়াম অদুন লোয়নজবদ নুংঙাইগদব অদুগ থরসু লিংব ইমুংদ ওই। ফিসা লোনসা, ইসৈ-নোংমাই, জগোই মখলসিংগী চানব ইসৈসিং, তোঙান তোঙান্ন সক্কদব ইসৈসিং, পুন্ন সক্কদব ইসৈসিং মচা তান তম্বী। অসুম্ন খংচুগুম্ন লুচুদগীসু "তুনাপী" (লৈসাবী মকোক) অদুন মখা তাবসিংবু

তাকপি তম্বী। অদুগ মৌ ওইবসিংগীসু "লাকপুই কাইবং" হায়ন ফাল লৈ। অসুম তৌদুন চৎনবী অমগী মখাদ হৌন-লোনচৎ, থকসি-খাসি অমসুং লাইনিঙ লম্বীগী মবী লৈনব কয়া পবিং নাইন নৈনৈ। অসিগুম্ব চৎনবীসিং অসি মালেমগী অনীসুব লানজাওগী মমাঙ ফাওবদি তঙাইফদব খরদি অদুম্মক লৈবম্মী।

মালেমগী অনীসুব লানজাওগী মতুংদ খংচু অমসুং লুচুগী চৎনবী খর কায়খ্রবসু হৌজিক হৌজিকমক পাখং অমসুং লৈসাবীগা লূপ কাযদন লুচিংব অমমম্গী মখাদ অদুমক লৈবি। অদুগ মতম মতমগী ওইব খুলগী হরাউ-কুমহৈগী মতমদ মহৌসাগুম্ন মীয়াম্ন য়াব ইমুংদ পাখং লৈসাবীসিংন হিপ্পী। হিপ্তুব য়াদে হায়বগী অকন্নব চৈরাক্তি থোইন লৈত্রে। অদুগ মখোয়ন খংচু লুচুগী তঙাইফদবসিং অদু কায়দন অদুম্মক তৌবি। অসুম্ন খুলগী ঙাক সেনবগী থবক্তসু অচৌব থৌদাং লৌদুন খুলবু অমসুং খুল্লাকপগী মতেং পীবি।

খংচু লুচুদ কারিঙৈদ সক্লরম্ব ইসৈসিং (১) বমলোন লহু (নুংসি নুংওনগী ইসৈ), (২) মজা লহু (লৈল্লেমগুম্বগী ইবাৎ থৌরমগ মরী লৈনব ইসৈ), (৩) লহু লোং, চপা লহু অমসুং লহুফাই (অকন্ন অথৌদ থাবগ সকপ ইসৈ), (৪) লি লহু (সা লানগী ঈসৈ), (৫) মৈথোন লহু (মীবু থাগৎপ ইসৈ) অসিনচিংবদি হৈতব য়াদব ওইন কবি অমত কায়দন হৌজিকসু অদুম্মক সক্লরি, ফাল কাদবগী ৱার্তনি।

অসুম্ন জগোইদসু অদু মঙাই - (১) কা লাম (কৌজেং জগোই) (২) কিৎ লাম ( হারৌ জগোই), (৩) মৌ লাম (উমাইবী জগোই), (৪) গোইচৈভাং লাম (গোইচৈ-সন মচী. ভাং চীবোঙগী জগোই) হাযরিব জগোই মখল মবি অসি নাহুৎ নাবেংগুম্বদ সাই। হনু-হনাসিংন তোয়ন সানৈ। (৫) ভাংফেল লাম (থাংতা থিননবগী জগোই) (৬) হোই লাম (হোই লাউবগী জগোই) অসিনচিংব কয়া অসি বাকচিংগী হরাউব - "গান ঙাই" গুম্বদ সাই। মসিগ লোয়নন সক্কদব ইসৈদি মৈথোন লহু (মীবু থাগৎপা ইসৈ) হায়বসিনি।

তম্পাক্কী লমদ লৈরিব রোংমৈসিংগীত নত্তন চীংগী লমদ লৈরিব রোংমৈ সিংগীসু পাখংফাল লৈসাফালগী চৎনবী অদুম্মক লৈনরম্মী। খুদম ওইন লীক্লম অসিদ হৌজিক হৌজিক তমেংলোংগী মনুং চন্ন লৈব থারোন্দ লৈব রোংমৈ পাখং লৈসাবীসিংন খুলগী খুল্লাকপসিংগী মহুৎ সিন্ন য়াম্ন তোয়ন থবক তৌই। অদুগ খুল্লাকপসিংনসু পাখং লৈসাবীসিংবু অৱাংব থাক্কী হৌন লোনচৎ কয়া তম্বীনব থৌদাং লৌই।

(২) তাংখুলসিংগীসু অদু মঙাই। **য়ারোনলোং (পাখংফাল)** অমসুং **ঙালালোং (লৈসাফাল)** হায়বসি লিরব মতমদগী লৈরক্লব সোয়নাইদ্রব কাঙলোন কয়া ঙাক্ল চত্তুন খুনাই অম লিংনবগী য়ুম্ফম্নি। ঙল্লিঙৈগী মতমদদি মখোয়গী য়ুমসিং অসি সাংন সাংন সানরম্মী। য়ুমসিং অদু কা ২/২ থোক্লা খায়রম্মী। মপাল থংবন পাখং নৎত্রগ লৈসাগী তুম্ফম ফম্ফম ওইনরম্মী। মদুদ ফক্লোং থারগ পরেং পরেং তুম্লম্মী। অদুন মনুংথংবন য়ুম্বুগী ওইনরম্মী। পাখং লৈসাবীগী মফম তিন্নদে। অদুগ কবি কবিগুম্বদ চাকচা-হৈজানবগুম্বগী থৌরম পাঙথোকপ তারবদি অসুম্ন খায়দোক্লব পাখং লৈসাগী ওইব মফমসিং অসিদ সিজিন্নে।

অয়াম্বা মতমদ খুলগী খুল্লাকপগী য়ুমদ পাখংফাল লৈসাফালগী মফম ওই। অদুগ করিগুম্বদ খুলন অচৌব ওইরগদি অরিংব ইমুং হায়বদি খুলগী মনুংদ খর সক্লাইরব, মচীনচৎপ কনাগুম্বগী ইমুংদসু খায়দোক্লুনা পাখং লৈসাগী তুম্ফম ওই। "লোং" হাযবদি হিপফম তুম্ফম হায়বনি। য়ুম খুদিঙগী পাখং লৈসাগী ফাল হাপত্রগসু কনাগুম্বগী য়ুমদ হাপ্ল তারবদি য়ুমগী মমাঙ থংব সরুক্ত হাপ্পী।

লৈসাসিংন মখোযগী ফাল কারকপদি মমাঙঙৈগী মতমদ মীতৈগী লৈসাবীসিংন সিন্নাইফম কাবগুম্বনি। মখোয়ন কারকপদ থবক পুরকই। মখোয়ন থবক সুনবিঙৈ মতমদ পাখংসিংসু কোয়রকই। ইসৈ সকমিন্নে, ইসৈ তৈন্নে, খঙদ-উদব কয়া তাথোক তাসিন তৌনে। চারৌ মৌরৌনব য়াই নত্রগা য়াদে হায়বগুম্ব কয়া ইসৈন চৎনবী অদুম্মক তাকই। চৎনবী অদু খক থুগায়নদে। অসুম্ন মথং মথং চৎনরকপন নৌহৌন অমুক

থিজিন-খোৎচিন্দুন তম্লুবগী মথৌ তাবমদে। অসুম্ন কোয়রক্লিব পাখংসিংগ লৈসাবীসিংগ লোয়নন ব্বারেম থৌরেম কয়া সূনদে। চৎনরোন কয়াগ মরী লৈনব বারী বাতাইনচিংব সানরগ মতমচান মখোয়গী ফালদ হনখি। কোয়বদ নহান ফল্লিবৈঙদ অহল লাক্লবদি নহাসিং অদু মখা তান ফমথদে, হৌগত্তুন চৎখি। অসুম্ন নহান মথক থোংবসিংদ ইকায খুম্নব উৎপগী মওঙসু অদুম্মক মরৈরম্মী।

পাখংফাল লৈসাফালসিদ পাখং লৈসাবীসিংনে সরূক য়াব হায়বসি য়ূম পান্দ্রিব ফাওবদি তঙাইফদব ওইন তৌনরম্মী। অসুম্ন চহী ১২ দগী ২৫ ফাওবগী মনুংদ লৈব পাখং লৈসাবীসিংবু তুংগী মতীক চাব, মরূ চঙব মীওই ওইনবগীদমক পাখং লৈসাগী ফালদ কাদুন পুন্সিদ সোয়দন থেংনরগদব খুদোংথীব কয়াবু নাম্ব্রোক্তুন অচুম্ব, অফব লম্বীদ চৎপ ঙম্নবগীদমক্ত মরু ওইন সাজৎ লীচৎ, থকসি-খাসি, হুইয়েন লাল্লোং অমদি য়ূম্বাক্লোনগী অকুপ্প কাওলোন কয়া তাকপি তম্বী।

পাখাংফাল লৈসাফালদ সরূক য়ারিব লুচিংবসিংবু মথংসিংন কথান্ন অমসুং কথানবু হায়ন খঙনৈ। হায়রিব পাখং লৈসাসিংগী মরক্ত হেন্ন ব্বাংব থাক, মরক্কী ওইব থাক অমসুং হেন্ন নহা ওইব থাক হায়দুন অথোই-অহেনগী মতুংইন্ন থাক অহুম থোক্ল খায়দোকই। অব্বাংব থাক্কী কাঙলূপ্তুদি খর হেন্ন খঙ-হৈরব, মচীন চৎপ মীওইসিংনে নম্ন য়াওই। মখোয়গী মরক্ত কনাগুম্বন ময়ূম মকৈ পাল্লবসু মতীক চাব ওইববদি অদুম্মক য়াওই। অদুগ পুন্সিদ থেংনগদব কয়াবু মায়োক্লব ঙম্নব নৌরিবসিংবু সূব-নোম্ব তম্বী, সিঙ থিহল্লি, ইসিং হোলহল্লি, খাঙব কনব তম্বী, হায়ব ইনব তম্বী, পূক্লিঙ অমসুং লমচৎপু থকসি-খাসি নাইব তম্বী। সা-লানগী মতমদ য়েক্লবগ মায়োক্লব ঙম্নব কাঙলোন কয়া তাকপি তম্বী। কনাগুম্বন অকায়ব তৌরবদি চৈরাক পী। খুদম ওইন খুল্লানবদ ওক পী; লমহেনব হায়ব ইন্দববু য়ু কোংই; উহৈ-ব্বাহৈ ফৌনচিংব মাঙহনবদ নহা ওইরগ ফুয়, খর চাউবদি য়ু

কোংই অসুম্ন লূপসিংগী মরক্ত কনাগুম্বন অকায়ব তৌরকপদ মথং-মথং তাক্লদুন অচুম অরাল ৱায়েল্লি। হেন্ন লুব মতাং লাকপদ খুলগী অঙম্ব (খুল্লাকপ)দ তাক্কুন অচুম-অরাল লেপ্পী।

অসিগুম্ব চৎনবী ময়াম অসি পাখং-লৈসাবীসিংন ফাল কারিঙৈদগী জগোই ইসৈ, খৌসাবনচিংব কয়া অম তম্লকপ ঙাক্তনি। অদুবু চৎনবীসিং অসি মালেমগী অনীসুব লানজাওগী মমাঙ ফাওবদি মমি খর খর তারম্লবসু মতুংদগীদি হেন্ন মূৎথরক্কুনা মতমগী য়াওনগী ইরৈদ অদুম্মক লূপখ্রে। মরু ওইন মান্নব মখলগী মহৈ তম্ফমসঙ কয়া মফম খূদিঙদ লৈরকপদগী অসিগুম্ব লিরব মতমদগী চৎনরকপ পাখংফাল লৈসাফালগী ইচেল অদু ইখন্নখি অমসুং মালেমগী অনৌ অনৌব মহৈ তম্নবদ ইতিন্নখি। হৌজিক্তি ফাল লৈত্রবনিন হিরম অসিদ য়াম্ন সোৎথরে। খ্রীস্তিয়ন লাইনিঙ চৎখিবদগীসু ইসৈ-নোংমাইদ মীগীদ ঙাক্ত ওইখ্রে।

য়ূম খূদিঙদ পাখং লৈসাগী ফাল হাপ্নদুন পাখং লৈসাগী কাঙলূপ কাঙলূপ্ন পূন্ন পূন্ন তম্ফম ওইরম্বগী চৎনবী মাঙখ্রবসু হায়বদি পাখং লৈসাগী ফাল হাযবদু লৈত্রবসু হৌজিক হৌজিক খুলসিংদ নহারোলগী অপূল্লূপ সেমদুন পাখং লৈসা পূন্ন খুলগী ঙাক সেনবগী অচৌব থৌদাং লৌদুন খুল্লাকপগী মতেং পাংলি। মদুদি লূপকী লুচিংবন তৌই। মীয়ামগী পূনফম অচৌব থমদুন য়াম্না তোয়ন মতম মতমগী তঙাইফদব কয়া খন্ন নৈনৈ। খুলগী মহৈ মরোং ঙাক সেল্লি, অকোয়বগী উয়োক মখোয়গী খূত্ত লৈরে। খুনব ফারগ মখোয়ন অদুম্মক ৱায়েল্লি। হেন্ন চাউব ৱাগোক ওইরগন খুলগী খুল্লাকপদ সিন্নে। অতোপ্প খুলগী মীন খৎন-চৈনব হৌরকপদ মখোয়ন ঙাক-সেল্লি। অদুত নত্তন কৈ, ওক, সন্নচিংব লাকপ ফাওব মখোয়ন য়েংসিল্লি। মীয়ামগী ওইব থবক্ত নূপা নূপী পূন্ন থবক তৌমিন্নে, য়াদবদ তোঙান তোঙনব পূম্ন থবক তৌই। পূকচেল খোয়জেল তিন্নন খুন্নাইদ মরা তপ্প, ইঙন হিংমিন্ননব হোৎনৈ। পূন্নমক অসিন পাখংফাল লৈসাফাল লৈরিঙৈগী চৎনবী অদুক হক্ল লৈত্রগসু মতমদুগী চৎনবীগী মমিদি হৌজিকসু মূত্তন লৈরি হাযব তাকই।

# ৱারোই

## পাখংফাল লৈসাফাল সরূক য়ারকপগী মহৈ

মহৌসা লাইরেম্বীগী খোঙচত্ত মীওইবগী নুং-পালগী ওইব হৌন-লোনচৎ কয়া নৈনখিবন মরূ চঙব মীওই সোয়দন ওইরকই। নহা ওইরিঙৈ ৱাখল লৌসিংন মচীন তুপ্লিঙৈ পুন্সি চৎকদব লম্বীগী অফ-ফত্ত মুন্ন খঙখিবন কৈদৌঙৈদসু লম্মুক্লদে।

য়াহিপ, চাকচা, ফম্ফম, ইথক কাঙলোন্নচিংব কয়া ফালদ কারিঙৈদ তম্লকখিবন লাইথুং-তিম্থুং পক্তে, তিনচেন লাইচেন্দে, অহল মতম ওইরক্লব ফাওবদ ঈগী ঈচেল কায়দে। চারৌ মৌরৌনব য়াই নৎত্রগা য়াদে হায়বনচিংবগী অহকপ কয়া কায়দন তম্বীখিবন পাখং লৈসাবীসিংন চৎনবীসিং অসি য়াম্না চেৎন ঙাক্লরম্মী। অসুম্ন, অচুম্বা য়ুম্ফম কয়াদ চেৎন থাজহন্দুন মদুদ হৈনবী চৎনবী ওইন মথং মথং চৎনরকপন নৌহৌনন অমুক থিজিন্দুন তম্লুবগী মথৌ তারমদে।

## খুজু খুৎলাই তম্বীখিবগী মহৈ

ফাল অসিদ ইনখৎলক্লিবসিংবু সা-লানগী মরমদা থবক ওইন উত্তুন য়েক্লবগ মায়োক্লব ঙম্লব লাপ্লোংসিং থরায় য়াওন তম্বীখিবন থোইদোক হেন্দোক্লা হৈ সিংনরম্মী অমসুং লৈবাক্কী মপাল্লমদগী য়েক্লবন লান্দারকপনচিংবদ মরমদম্বু ঙাকসেনবদ অচৌব থৌদাং কয়া লৌব ঙম্লরম্মী। মবম অসিন লমদম অসিগী মীসিং য়ামজদ্রবসু অচঙব মীন মপূঙ ওইবন সাফম লানফমদ য়েক্লবগ লানথেংনবদ মায় পাকপ ঙম্লম্মী। মদুমক্ল লমদম অসিগী মীসিংবু লাইগী মচা মসুন্নি হায়নরম্লিবনি। অদুগী, লমদম অসিবুন লাইরৈবাক্কি হায়নরম্লিবসিনি।

থৌরম থৌদোক কয়াগ মরী লৈনন জগোই-ইসৈনচিংব তম্লকপন মতম মতমগী লাই হরাওবনচিংব লাইথৌ থোক্লকপদ অদুক হক্ক তন্নরুব লৈতন লাইগী থৌগলসিংদ সরূক য়াবা ঙম্নে।

তৌহৈব-তৌহৈদব, অয়াব-য়াদব হায়বনচিংব কয়া তম্লকপন হায়নরূব, থিংলুব লৈতন মসা-মসান থাজজবগ লোয়নন পুন্নমক ঙাক্ল চৎনৈ। পুন্সিরোনবু কুপ্ন নৈনখিবন কংলৈচাসিংন পুন্সি নুংসাংন, নুংঙাই-য়াইফন পান্নরম্মী। মপাঙ্গল মথৌনা মরৌসিংদ কনাগীসু মখা পোল্লমদে। চীংখৈরোন্নচিংব সাজেল কয়া সান্নদুন অফব, অসেংব পুন্সিরোনবু নিংথিন চেকসিন্ন ঙাক্ল চৎলম্মী। মখোয়ন চাবদ থকপদ, লীচৎ-সাজত্ত, ৱাঙাং সঙাংদ লম্বী লান্ন থক চত্তে। মরম অদুন মসাদ লায়না তিন্না চঙবা ঙমদে, কুচু কুমেন থোকই, মপাঙ্গল মরৌসিং ফরম্মী। অসুম্ন চহী য়াল্লব ফাওবদ লায়থুং লায়না চেন্দন, তিঙ লৈন পুন্সিগী থৌদাং কয়াবু মায়রোঙ য়াব ঙম্নরম্মী।

পাখং লৈসাবীসিংন য়ূম পান্দ্রিঙৈদ য়ূম্বাল্লোনগী চৎনরকপ কাঙলোন কয়াবু কাউদন তম্লকপন অসিগুম্ব পাখংফাল লৈসাফালদ সরূক য়ারকখ্রব মীওইসিংদি পুন্সিগী মপূঙ ফাব মতীক মঙাল ফংদুন মীথোই মীহেন্নরম্মী। মখোয়ন য়ূম্বাল পুন্সিদ খোঙদারক্লব মতমদসু অফব মরূ চঙব মচা নুপা নুপী ফংঙমজদুন নুংঙাই য়াইফব হায়বদু ওইরম্মী। অয়াম্ব মিংচঙ লৈখ্রব মীওইসিং অসি পাখংফাল লৈসাফালগী মরম খঙব ঙাক্তনি। অসুম্ন সলাইদ পাখংফাল লৈসাফালগী চৎন-পথাপ লিংদুন পাখং লৈসাবীসিংগী হৈনিঙব ঙাক্লরম্মী। পাখংফাল লৈসাফালদ কাদুন লাইনিঙ লম্বী, য়ূম্বাল লম্বীনচিংব কয়া খঙনবকপন খুনাইবু মরা চেৎহল্লম্মী।

অসুম্ন ফালসিদগী হৌদুন, হৌন-লোনচৎ নিঙথিন খঙলব মীওইসিংন পুন্সি মাঙব য়াব নত্রগ পুন্সিবু লান্ন লমজিংখিব য়াব ফত্তব মরম কয়াদগী লাপথোক্লব হোৎনজরগ মসাবু মসান অফব লম্বীদ লমজিংজব ঙম্নরম্মী।

## পাখংফাল লৈসাফাল মাঙখিবগী মরমদি

অসিগুম্ব অসুক ফজখ্রব ইপা ইপুন থম্বীরম্ব পাখংফাল লৈসাফাল লিংলম্বগী চৎনবীবু মতমগী নুংসিৎন খজিক খজিক হুমদোকখিবদগী পুম্মাঙ মাঙব তাখি। মমৈ তারকপদদি মান মান পাম্ব লম্বী চৎনরক্লুন, অচুম অরান ইতোৎ তোৎনন মপু পান্দবগুম লৈবাক খুনাই অমা সেম্ব তারকই। কাঙলোন ঙাক্ল চৎনদবন অয়াশ্ব খুনাই অমা সেম্ব তারকই। কাঙলোন ঙাক্ল চৎনদবন অয়াম্ব ওইখিবন কংলৈচাসিংন খুদোং থীব কয়া মায়োক্লরকই।

## মীয়ান লাইনিঙ চঙলকখিবদগী ফংব মরমদি

"নরম্লাই অরিববু মীরায়বদি নরৈবাকপু মীরৈবাক ওইখিগনি, ওইদব লাং থাক্লুন নপোৎ নরল লমদুন চাখ্রগনি, নরম লাইবু মীরায়রব অমগ অমগ য়েংথীনরগনি, পূকচেল লীচৎ-সাজৎ মান্নদবন থাঙন তেন্ন য়ান্নদুন ইহিং-নাইহিং তারগনি। হৈতন অহে সাব যাম্বন ঙমদাইবসু ৱাগদৌরিদা। অহৈব অখঙবদি থূপচিন-তাসিন্ন লৈখ্রগনি। ইবমলেনবু মীবমলেন্দ তিনখিব মতমদগী মীতৈ লৈবাকপু মীতোপ্ন খুল্লিংখ্রগনি" অসুম্ন লাইওইখ্রব ইপা ইপুসিংন তাকপিরম্ব পাউরৌ-পাউতাক কয়াবু নাথৈদুন মীয়ান লাইনিঙ লিচৎ লৌরুবদগী কংলৈপাক্কী কংলৈচাসিংদি ফিরেপ চুম্ন লেপ্প ঙমজদ্রবরা?

মীতৈ লাইনিঙ লীচৎ অখোইনবু মী নিঙব, মঙগী-লাই নিঙব মীয়ান লাইনিঙ পুসিল্লক্লুন কাযফদ্রব মীতৈ লাইনিঙ লীচৎপু হোংহল্লগ অবানব বাহে লোন্দাগী চিরোল নমথাক কযান কংলৈ লমদমগী কংলৈচাসিংদ অকনব লোংলৈ নুংসিৎকী সাফু কযা পীখিব অদুগী তেকচাক কযা ঙসিগী খুনাইদ ফংলাব। লাইনিঙ লীচৎপু খঙলিব মীওইপোক্তন অচুম্বব মসক খঙগনি। মীতোপ মীযানচা কযা খুরক্কী ঈন লাই সাব মীওই কাঙবুগ লৌতুনবগ মীতৈ লাইনিঙ লীচৎপু মাঙ তাক্লব লাংলৌ কয়া সিনবিখিবন অহকপ লাইফম কয়াবু মাঙহনখিবনি।

তাইবঙ মীদি সিব নাই। অঙকপ থবক তৌবগীদমক মীবু লাইগুম্বনি খল্লবসু, তাইবংমীবু লাইনি হেক হায়বদি য়াফম থোক্তে। অদুগুম্ব মীওইবু লাইগুম্ন নিঙবগী মহুত্ত লাইবু লাই ওইন নিঙবন অরান খুবম ফংব ঙমগনি।

কংলৈচাসিংদি মীতোপ মীযানচান থমাইখিবন নমথাক্কী ঋাহে কযা থাজকন্ববদগী মপা লাই মপু লাইবু কাউথোকখ্রবনি। মীন মীনি, লাইন লাইনি হাযব ফাওব খঙজদ্রবগুম্বনি। অসুন্ন, লম্বী লান্ন চৎনখিবন মপা-মমা, মচিন-মনাও মসক খঙনদ্রে। অসেং-অমাং থাযখিবন চীংজা-তমজা থাপতোক্লহল্লম্লে। চীংদ তোংব চীংজাসিংবু মসাগী মনাৎ থাদোক্লবদগী ইঙাং পাক্তক্লহল্লে, ইমু পামফেল্লহল্লে।

কংলৈপাক্কী অসেংব হী-যাই মাঙহনখ্রগ মনিগী লৈবাক ওস্থোকখিবদগী ইপা-ইমা হুন্দোক্লগ মীগী মপা-মমাদ ইপা-ইমা কৌহনবিবম্লে। ইনাৎ মাঙহনবিবম্লে। যেক সলাই হৌবকফম্বু গোত্রদ ওস্থোকপিবম্লে। মীতোপ মীযানচাগী খোঙবী মচুম থক্তুন পূক থনব তান্নখি। মসাগী যেক সলাই খঙদ্রবদি, ইপা-ইমা খঙদ্রবদি কংলৈচাসিংদি মীখা পোন্ন হিংখিগনি। পুকচেল চাউব সাবগ, লৈবাক নিঙব সাবগ ইবম্বু যোনব মীথিবোঙ মীতম্বালসিংনসু ইবৈবাকপু মীখা পোন্নব হোৎনবদ অচৌব থৌদাং লৌদব নত্তে।

অদুঙৈ সান্তিদাস মহন্তন লম্বোইব সাসিন্নদুন কংলৈপাক্ত তম্নলাই ওইদুনা মাগী ফৎএব লাংলৌ কযাদগী কংলৈগী লীখুল মূৎনব তৌখিবনি। তম্নলাই মদ্ধ হুনখিবনি। চৎনবী, যেক-সলাই, লোন, লাইনিঙ লম্বী পূন্নমক নমথবম্বন মখা তান হিন্দু লাইনিঙদ জাৎ তাখ্রব খোঙবী মতুম থকপ কযানসু মীতোপ মীযানগী মবোন্দ তাংজদুন মীবোন্দ তোঙান তোঙানব মফমগী মিং, লাইফমগী মিং, লাইগী মিং, চীং-পাৎ তুবেলগী মিংনচিংব থোনজিনববু অসিংবনি অফবনি হাযন লৌনবি। খঙজদব কযান লাইগী অসেংব লাইবা ওইন থাজনবি। মঙলৈবাক্ত চৎনবগুম নুংসিৎন হুম্ব মাযকৈদ পঙচৎ চৎনবি। খুদোংথীব কযা মাযোক্লবি।

তিম্থুং লাইথুং কযাবু কোক্লফম ওইবিব, অনীংব কযা থুংজনিংঙাই ওইবিব কংলৈপাক্কী অহকপ লাইফম কযাবু হুল্লান্দুন লমগী সন্ন মচী সাংই হাযবগুম মীবম লাইফমদ চৎনদুন মীতোপ মীযানচাসিংগী মীখা থাকবি, থানবি। তুং কোইন হৌগৎ-কাঙখৎ ঙমদনব লান্ন চৎখ্রব ওইববোইদব

লম্বীবু হৌজিক ফাওবদ থাদোকপ ঙমদন চৎনরি, থাজনরি। মীয়ানচাসিংন অনম্-অহা চুহনখিবন, লমখাঙদ ইপা-ইপুসিংবু নমদুন চঙহনখিব লাইনিঙ লম্বীবু মচা মসু ওইবসিংন ইপা ইপুন চৎখিব লীক্লম্নি খঞ্জদুন ঙরাং নহানগী ইপা ইপুন লান্ন চৎনখিব লম্বীদ চৎনব হোৎনরি, চৎনরি। হায়রিব ঙরাং-নহানগী মীয়ান লাইনিঙদ লাইমিং লৌখ্রব ইপা ইপুসিংগী মথক, কনাগীসু মীখা পোনখিদ্রব, লাইপোক ওইখিব ইপা-ইপুসিংবুদি নিংসিংলুব ঙম্নদ্রি। মসিমক কংলৈ খুনাইগী লাইবক থাবনি।

খঙহৌদবগী নৎত্রগ লাইবক থীবদগী অনম-অহা চুদুন মতম সাংন পঙথ-সিথন নমথাক্কী লাংদ থুদুন লৈরুরবসু হৌজিক্তি ইসাবু ইসক খঙজব মতম ওইরে। ইপোৎ মসক খঙব মতম ওইরে। মীথিবোঙ মীতম্বাল ওইগদব মতম অদুমদি নৎত্রবনি।

## পাখংফাল লৈসাফালন সিথরক্লবদ

কংলৈ খুনাইদ মপানগী ইথিল চঙলকপদগী পাখংফাল লৈসাফালগী অহকপ চৎন-পথাপ কয়া মাঙহনখ্রবসু মালেমগী অনীসুব লানজাউগী মমাঙদ মতম ফন সাংব ফাওবদি মসিগী মমি তারম্মী হাযব য়াই। অহল লমন, অখঙ-অহৈগী নাক্ত চত্তুন পুন্সিগী তঙাইফদব কাঙলোন পথাপ কয়াবু তম্নরম্মী। পাখং-লৈসাবীসিংন অৱাংব থাক্কী হৌন লোনচৎ, লাইনিঙ লীচৎ, হুয়য়েন লাল্লোংগ মরী লৈনব থাং-তা, অতোপ্প খুৎজু-খূৎলাই সিজিন্নবগী মহৈ কয়া তম্নরম্মী। লোয়নন হিংনঙাই লম্বীদ তঙাইফদব খূৎসা হৈবগী থবক, মাইবরোলগী, ইরাৎ থৌরমগী মরম্নচিংব তম্নরম্মী।

## লৈপুঙ য়াকাব

নুপামচাসিংন পুংকক চাউরকপ মতমদ নোংমগী সিঙ্থা কয়ামরুম লোইনরব তুংদ, য়াচঙলকপ মতমদ লৈপুঙ যাকাব হায়দুন লৈকায় খুঙ্গংগী তোঙান-তোঙানব মফমসিংদ মপুঙমক ফাদ্রবসু মকোক থোংব, তাকপি তম্বীব ঙস্ব কয়াগ হেক হেক ফম্মিন্নদুন য়ুম্বাল্লোন, লাইনিঙ লম্বী লৈঙাকলোন্নচিংবগী থায়নগী ওইব ৱারী কয়াগী মরমদ খন্ন-নৈনৈ। পাখংফালগ মরী লৈনবকপ অহল লমনসিংন মথং মথং লিবিরম্ব য়ুম্বাল

পুন্সিদ মতীক চান খঙ হৈরব মীওই কয়ান মথং মথং লিবিরম্ব, তাকপী তম্বীরম্ব ৱারী ৱাতাই কয়া মথক থোংব অহলসিংদগী তাব ফংজে। অদুগুম্ব ৱারী লীখুনসিং অদুন লংলা লংজিন ওইরগ হেন্ন খঙজ-হৈজনিংবসিংন হেন্ন খঙ-হৈব তাকপী তম্বীব ঙম্ব অহলসিংগী নাক্ত চত্তুন কাঙলোন মখল কয়াবু খঙ-হৈনব তম্নরকই।

## সিন্নাইফম কাব

লৈসাফাল কাদুন পুন্সিগী অহকপ কাঙলোন কয়া নৈনবগী চৎনবী মৃৎশ্রবসু লৈকায় খুংগং খূদিঙদ লৈসাবীসিংন মফম চাবদ সিন্নাইফম্ থল্লগ মদুদ কানদুন তৌওৎ, তমং, হুইত্রি, লসিং কাপ্লোন, কপত্রেং, তরেংনচিংব সিজিন্নদুন মোইথাপ নাইদুন ফিসা লোনসাগী থবক তৌমিন্নরম্মী। মপা মমা ওইবসিংন মচা নুপী পুংকক চাউরকপীসিংবু লৈকায় খুংগংসিংদ লৈবী সিংথানঙাই ওইবী,পূকচেল ফজবী, অহল ওইবীগী য়ূমদ থাদুন লংনাইবনচিংব তমহল্লম্মী। মরু ওইন মখোয়ন মোইথাপ মপুনগ তরেংগ কোন্নন পুবম্মী। অসুম্ন ফিসা লোনসাগ মরী লৈনব সিল্লম কয়া খঙনব তম্নরম্মী। লোয়নন অহল ওইবী অদুন য়ূম্বাল্লোনগী অহকপ ৱারী কয়াসু লীবীদুন পূক্লিং লৌসিং ওইনব তাহল্লম্মী। লাইগী ৱারীদ অসেংবী য়ূম্বাল্লোন খঙবী মপুরোইব নিঙবী নুপীসিংগী ৱারী কয়া লীবিদুন তাহল্লম্মী। মমাঙৈদ লুহোঙ খোঙদোংবদ ফিসা লোনসাগী মপোৎ মচৈ, য়োংখম তরেংনচিংব সুন উন্নরম্বগী ৱারী, নিংথৌগী মচানুপী লুহোংব ফাওবদ ফি সানব মপোৎ মচৈ ১০০/১০০ খুজিং ওইন উন্নরম্বগী ৱারী, মোইরাং কংলৈরোন্দ থোইবীগীদমক তৌওৎ ১০০, তমং ১০০ অসুম্ন ১০০/১০০ না খুজিং ওইদুন উনবগী ৱারীনচিংব লীবি। নুপী ওইবীসিংন য়ূমদ লৈরগ লং নাই, লংচাক চাকপ, ফিরোন সাবনচিংবগী থবক্ত পূক্লিঙ থিংজিনবিরম্মী।

অসিদসু নত্তন খঙ হৈরবী অহল ওইবিসিংদুন য়ূম্বাল পুন্সিদ চঙলকপ মতমদ থেংনরগদব নুপী ওইবীগী হৌন-লোনচৎ, থকসি-খাসিনচিংব কয়াবুসু তাকপি তম্বীরম্মী। অসুম্ন তাকপী-তম্বীরিঙৈ মতম খূৎকী থবকসু লেপহন্দে। তাগদবদু তান-তান মসা মসাগী য়ূমদগী পুরকপ মসিলসু পাঙনব হোৎনৈ।

**ফিসা-লোনসাদ চীংজা তমজা অনীগী মান্নরকপ**

ঙল্লিগৈ মতমদগী হৌন চীংজা তমজা অনীমক্কী নুপীসিংন লং নাইব, ফি সাব হৈনবম্মী। তমজা নুপীসিংন লং লাইদুন খ্বাঙদ অমসুং য়োংখমদ মখল মখলগী ফি সানরম্মী। অদুগ চীংজা নুপীসিংন খ্বাঙদ মরাক মচা ওইন সাবগ তাইসিল্লগ সিজিন্নরম্মী। মখোয়ন ফিদম্নিঙাই ওইব মওঙদ পূক্লিঙন লেপ্তুন সাখিব ফিদি মখোয়গী চৎনবী অদুতমক ইন্দুন সারম্মী। অতোপ্প মীগী মতৌ তন্নমদে। মখোয়ন সাব ফিরোলদি ফজব লসিংদগী লোকপ লসিংন নাইজরগ সারম্মী। চীংজাসিংন মখোয়ন সেৎলি-চারিব ফিরোলদু অতোপ্পন উরগা মখোয় করি লমগী, কবম্ব কাঙলুপকী মীওইনো হায়বদু লাযন খঙব ঙম্মী। কংলৈপাক্ত লৈরিব তোঙান-তোঙানব চীংজা কাঙলুপসিংন মখোয় মখোয়গী তোঙান-তোঙানব ফিজেৎ সিজিন্নবম্মী। কংলৈপাক্কী চীংগী লম পূম্বদ মসিং সাংব অফব মখলগী লসিং থানরম্মী। অদুন চহী খূদিঙগী মখোয়ন সিজিন্নব ওরুব লৌহৌরগ অরেম্বন অতোপ্পদ য়োনথোকই।

**অনৌব চক্ক লাকপদ**

পাখংফাল লৈসাফালগী চৎনলোন অসি মালেমগী অনৌব যাওনগী ইরৈলক্ত তিনখিবদগী অওনব কযা লাক্তুনা মাঙখিবগুম্লে। হৌজিক্তি থাযনগী চৎনলোন পবিংদ মমি সামখিবন মতমগী অনৌব ফিজেৎ-চাকচা, জগোই-ইসৈনচিংবন মন্থৎ সিনবগুমখ্রে। য়ূম খূদিঙদ পাখং লৈসাগী ফাল হাপ্নদুন পাখং লৈসাগী কাঙলুপ-কাঙলুপ্প পূন্ন পূন্ন তূম্ফম, তম্ফমসঙ ওইরম্বগী চৎনবী মাঙখ্রগসু হান্নগী মপূঙ ওইব লীক্লম অদুমক যৌদ্রগসু মালেমগী অনীসুব লাঞ্জাওগী মমাঙ ফাওবদ সিন্নাইফম কাব হাযদুন লৈকায খুগংসিংদ তাকপী-তম্বীব ঙম্ব অহল ওইবীগী য়ূমদ য়ূম্বাল্লোনগী অহকপ পাউতাক্ক লোয়নন হৌন-লোনচৎ, থকসি-খাসিনচিংব কয়া তম্নরম্বদু মাঙখ্রে।

হৌজিক্তি থবক্কী লমদ মতমগী খুৎসা হৈবগী থবক, তেক্নোলোজী চাওখৎলকপগী খোঙথাং পরিংদ মসাগী ৱাখলন ফংবদু থবক ওইন পাঙথোকপ য়ানব তৌওৎ-তমং, হুইত্রি, লসিং কাপ্লোন, তরেং, কপত্রেং

সিজিন্নদুন মোইথাপ নাইবগ ফিসা-লোনসাগী থবক তৌবম্ব অদু ফাওব পূম্মাঙ মাঙখ্রে। হৌজিক্তি অনৌব মখলগী ফিসা যোংখম্নচিংব মখল মখলগী অঙকপ খূৎজু খূৎলাই সিজিন্নদুন ইবা-ঝাদন অথুব মতমদ হেন্ন ফজব পোৎথোক পুথোকপ ঙম্নবে। মসিদি মতীক চাব মীওই খবতন লমজিংলবসু পাঙথোকপ অফব থবক্লি। থবক্কী মওঙ ওহ্রোক্লগ হেন্ন ফব থবক ওইহনবনি। হিংনবগী লম্বীদ তঙাইফদন তৌদব যাদ্রব হুন্দোকফদ্রব থবক্লি। অমবোমদ যেংঙুবগদি থবক সেম্বনি। মী সেম্বদি নত্তে। লুবিবদি থবক সেম্ববুদি মী সেম্বন অমুক হেন্ন লুবকই। মী সেমদুন মীবু মতীকচাব মী ওইহল্লবদি থবক খূদিঙমক মতীক চাব মীসিংদুন ইবায লাযন পাঙথোকপ ঙমগনি। হেন্ন খূমাঙ চাওসিনগদব থবক্কী পোবমসু যাৎলকপ যাই।

## মহৈ মসিল তম্ফম ওন্নবকপ

পাখংফাল লৈসাফালগী চৎনবী মাঙখ্রবসু থাযনদগী ঐখোযগী লৈবাক্ত ফুঙ্গা লিংব চৎনবক্লি। হৌজিক্কী মতমদ অদুক হাক্না ফুঙ্গা লিংব চৎনদ্রবসু ফুঙ্গা হাযর্বসি তসেংনমক যাম্ন মরু ওইব তম্ফম্নি হাযবমক যাই। মসিদ অহল নহা ফমদুন অহল ওইবন নহা ওইবসিংদ পুন্সিগী ফিদম্নিঙাই ওইব বাবী কযা লীবিদুন তাহল্লি। নহাসিংগী থোইদোক্ল লৌসিং তানফম ওই। মফম অসিদ লীব বাবীবু ফুঙ্গা বাবী হাযন খঙনবি। মসিদ অহল ওইবন মচা-মসু ওইবসিংবু মহৈ মসিল অমসুং থকসি-খাসি তম্বী। মদুদি লাইগী থৌগল্লোল, ইপা ইমাদ অমদি ইথক থোংবসিংদ উৎকদব থৌগল্লোল, ইচা ইনাউসিংদ উৎকদব থৌগল্লোল অমসুং যুম্বাল পুন্সিদ চঙলব মতমদ নুপা-নুপী অনীগী মবক্ত উৎনগদব থৌগল্লোন্নচিংবনি। হাযবিব থৌগল্লোন অসি যূম্বাল্লিব ইমুংগী ফুঙ্গাগী অকোযবদ নুমিৎ খূদিঙগী ফম্মিন্নদুন অহল ওইবসিং অদুন নহা ওইবসিংদ তাকপী তম্বী। অসিদ নত্তন যূম্বাল্লোনগী পানগী ওইব তঙাইফদব কযাসু তাকপী তম্বী। হৌজিক্তি মসিগী চৎনবী অসি ফাওব মাঙখিদুন অসিগুম্ব হীবমসিং অসিমদি মপূঙ ফাদ্রবসু মহৈ তম্ফমসঙসিংদ তোঙান-তোঙানব হীবমসিংদ তম্বন মহুৎ সিনখ্রে। তম্বগী মহৈন মপূম ওইব খুনাই অম সাগৎলকপদদি ইঝাৎ বাৎপগুল্লে।

## লুচিংবগী মথৌ তারকপ

লমজিং পুরেন ফৎত্রগদি থেংনগদব লানফমদ মায়থীবদি সোয়দ্রবনি। অপূনবন পাঙ্গলনি হায়বসি অপঙ-অসিং পূন্নমক্ক খঙনব ঙাক্তনি। অদুবু মীতৈগীদি খঙবত ওইন তৌই, থবক ওইনদি খক উৎনদে। অতোপ্পদ পাউতাক পীবদ সিজিন্নব পাউরৌ ওইন থম্নবগুম তৌনৈ। হিরম অসিদ চীংজাসিংগী থোইদোক হেন্দোক্ক ফজব অম লৈ। মখোয়দি লিংজেল য়াম্ন মান্নে। মখোয়গী লুচিংবসিংগী মখাদ মতম পূম্বদ থবক তৌই। অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু লুচিংবন য়াবদু তৌই, তৌদব য়াদে। অদুবু মতম অয়াম্বদ লুচিংবসিংন সোয়দনব হোৎনৈ, সোয়দে। অদুগ মীতৈগীদি মতীকচাব লুচিংব ৱাৎপন মীয়াম্বু লুচিং অমগী মখাদ পুরকপ ঙমদে। অসিগুম্ব অৱাৎপ অসিতং মেনখৎপ ঙম্লবদি লমদম অসি চীংজা তমজা অনীগী মপূঙ ফারব লৈবাক খুনাই অম সাগৎলকপদ মতেং য়াম্ন ওইগনি। নৎত্রগদি লমদম অসিদ মতীক চাউরব চীংজা তমজা অনীগী মান্নব খুনাইগী ফূৰ্ম্প অম লৈরম্মী হায়ব ফাওব কাউরকপ য়াই।

## চীংজাসিংগী মরক্ত থকসি-খাসি

চীংজাসিংগী মরক্ত লৈনরিব থকসি-খাসি তমজনিংঙাইনি। ইমুং মনুংদ ওইরবসু, খুনগী মনুংদ ওইববসু অমগ-অমগ খৎন-চৈনব, নুংঙাইনদব হায়বসি খক লৈতে। কবিগুম্বদ ৱাখল তিন্নদবদগী য়েৎনবকপদ পূক্নিঙগী ইথক ৱাংখৎক্তুনা উংখৎনরকপ মতমদ অহল ওইব অদুন "ঐন হান্ন পোকপনি, ঐন নঙবু তাকপি-তম্বীব ঙম্মী" হায়বনচিংব ৱাহৈ খরদং হায়বদ মখা থাব অদুন অচুম-অবান থিদন খুদক্ত মবৈ যেৎপ তোক্তুন "ঐন লানথ্রমাল্লে" হায়দুন মথক থোংব অদুবু ইকায় খুম্নব উৎনৈ। করিগুম্বদ মথক থোংব অদুন লাল্লব ফাওবদ মতাং চান চুমথোক্লৈ, তুং কোইন মলোম খক থম্নদে। সমান লেংমান্নব কনাগুম্বসিংন অমগা অমগা য়েৎনবকপদ কনাগুম্ব মথক থোংব অঙম্ব অমবু অচুম-অরান ৱায়েলহল্লি। মখা তান নুংঙাইনদব খক থম্নদে। অসুম্ন পুন্সি চুপ্প হিংমিন্নবগী ৱাখলগ লোয়নন য়াম্ন চম্ন পুন্সি লেনমিন্নে।

## মতীক চাবা মী ওইনবগী তঙাইফদব

মতীক চাব নুপা নুপী ওইনবগীদমক তাইবঙ মপুন মচা মনাই ওইবসিংদ সিন্নবিবিব থৱায, হকচাংগী পাঙ্গলসিং চাওখৎহনব তাই। মনুং লাইমীৎ পাঙহনব তাই। অচুম্ব লমচৎ-সাজত্ত যুম্ফম ওইব তাই। অচুম-অবান থিদন ঙাইহাক্কী কান্ননিঙাই ওইব মওঙদ নৎত্রগ পূক্লিঙ ইবাঙ লাঙবগী ফিবমদ হিংগদব মতমদি ওইদ্রে। পুন্সিগী মমল খঙদন সিব ঙাইদুন হিংগদবসু নত্তে। হিংলিঙৈ মীৎকুপ্ত মপুগী থৌদা পাঙদুন পুন্সিগী মমল অমসুং অৱাংব পান্দম্মু ফংনব হোৎনব তাই। তুংগী চাবোল সুবোন্দসু পুন্সিগী মমল অমসুং অবাংব পান্দম্মু ফংনব তাকপি-তম্বীবম্ব মথৌ তাই।

লাই হবাওবগী লাইবুঙদ তোঙান তোঙানব খূৎথেক্ল তোঙান তোঙানব বাহম্ভোক উত্তুন যূম সাব, ফি সাব, লৌ উব, পাম যানব, লোং খোনব, মূক্লা সান্নব, কাঙজৈ সান্নব হি হোনবনচিংব পোকপদগী সিব ফাওবগী মনুংদ পাঙথোক্লিপ থৌবমসিংবু চিৎথদন সৈথাদুন উৎলি। পূম্নমকসি যেলহৌঙৈদগী মীতৈগী ঈ তোংদ যাওদুন লাকপন অমুক নৌহৌনন তম্নবগী মথৌ হক্ল য়াদে। হৌজিক হৌজিকমক মীতৈ নুপীমচাসিংন লাইবুঙদ থাজ্বনা জগোই সাব হেক্ত ঙম্মী। মবম অসিদগী মীতৈ নুপীদি জগোই সাব হৈতব লৈতে হায়নবিবনি। নুপা মচাসিংসু অদু মঙাই। থৌবমগী মতাং মতাংদ লাইবুঙদ নৎএগা অতৈ মফমদ জগোই খূৎথেক হেক্ত উৎপ ঙম্মী। জগোই তন যামখ্রব ৱাখল্লোন কযাবু বাহম্ভোক পীব অসি লাই হবাওবদ থেংনবি। পূম্নমকসি লাই ওইখ্রব ইপা ইপূসিং অদুগী মমল যান্নব খুদোন্নি। অসুম্ন লাই হবাওবদ উৎলিব হৌবকফম খঙনবগী অচৌব লীখূল তাকপ নুংপালগী ইথিল কংলৈ লমদম অনিগী তুংগী মীবোলসিংদ হেন্ন পূক্লিঙ থিংজিনবিদুন খঙহনবিবম্বসু মথৌ তাই।

অনৌব চক্কী অনৌব লৌসিংগী মঙাল কযাবুসু থিজিন হুমজিনবগ লোয়নন লাই ওইখ্রব ইপা ইপূন চৎলম্ব লীক্লম মাঙখিদনব অখঙ-অহৈ কযান পাখঙফাল লৈসাফালগী সিন্দমসঙ লিংদুন তুংগী চাবোন-

সুবোনগীদমক্ত লেঙদ্রব, সোয়দ্রব, থকসি-খাসি, ফজব লীচৎ-সাজৎ, যূম্বাল্লোন্নচিংব কযাবু নহা ওইরিঙৈদগী সাগোন্নন চৎমিন্নদুন হৈনবী ওইন লৈহৌনব সিনবিবম্বসু তঙাইফদে।

মরম অসিন লমদম অসিগী চীংজা তমজা অনীগী মান্নব খুনাই অম ওইন মালেমদ সক্তাকপ ঙম্নব ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী চৎনরক্লব পাখংফাল লৈসাফালগী লীরব লীক্লম্বু থিজিন খোমজিন্দুন নৌন অমুক চৎনহনব হায়বসি তঙাইফদে। অসুম্ন যূম্বাল পুন্সিবু মুন্ন খঙলবা যূম্বাল লম্বী চঙহন্নবগী পাম্বে অম পুথোক্কুন মতমগী অনৌব যাৱোল হায়বদু ওইহনব মথৌ তাই।

———





(১৬/৭/১৯৩২-৭/৭/২০০৩)

অইবা

**কোঙবমচা ইবোয়াইম, অঙোম বি এ. বি. তি**

রিতায়র এসিস্তেন্ত তিচব, খা-ইম্ফাল হায়স্কুল, ইম্ফাল

ওনরেরী প্রিন্সিপাল, সলাই পানা সিন্দমসঙ, (সলাই মিসন একাদেমী)
তাউথোং, লমসাং

ফোবমর কাউন্সিলর, রোয়েল কাউন্সিল, সনা কোনুং, ইম্ফাল

এক্স-প্রসিদেন্ট কংলৈপাক লমচিং থৌসিনকোন, কংলৈপাক
ঙমথং য়াইতোংবা অমসুং খোরিলাংব, কংলৈখোন

**অইবগী**
**ফোঙখ্রবা লাইরিক**

১. থৌদাং (১৯৯৪)

২. নিংথেম পুখ্রি অমসুং মবী লৈনবা ৱারী (২০০১)

৩. পাখংফাল লৈসাফাল (২০০৪)